# তেংথারোল



জে: এস: কোন্সম



ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা শোর্জ লুপ
অরাং পোংশংবম

অফোঙবা : ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেই লূপ
অবাং পোৎশংবম।

ইবা : জে: এস: কোন্সম
খুরাই কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

অহানবা ফোঙবা : জুলাই ২, ২০০৬



মখুম য়েকপা : লৈমহল প্রেস, খুরাই লমলোং কৈথেল

মমল : : লুপা ১০০/-

---

নম্ফম : **লৈমহল প্রেস**
***খুরাই লাম্লাং কৈথেল, উক্রুল রোড***
ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর

| ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুরগী পুখোকখ্রবা লাইরিকশিং | | | |
|---|---|---|---|
| সেঃ নংঃ | লাইরিক্কী মমীং/ মখল | ফোঙবা তারিক | অইবা/অইবী/এদিতর |
| *১। | চেন্দ্রকপা শৈরেংগী ঈচেল (শৈরেং) | ১৬/১২/০২ | কেশো সিংহ ইরেংবা |
| ২। | মৈরা পরেংগী থাওমৈ (শৈরেং) | ১৬/১০/০৩ | লৈশাংথেম ইবেয়াইমা |
| ৩। | মণ্ডাল অমত্তং (শৈরেং) | ২৩/০২/০৪ | শগোলসেম বিলাশিনি |
| ৪। | ভানু থজোংনা পাইশ্রবদা (বারি মচা) | ০৩/১০/০৪ | জাতিশ্বর সৌবাম |
| ৫। | ইমাগী খোঞ্জেল (খোমজিনবা শৈরেং) | ০৩/১০/০৪ | কেশো সিংহ ইরেংবা |
| ৬। | মৌ ষ্ট্রাইক (প্লে) | ০৩/১০/০৪ | শগোলশেম মোহেন্দ্রো |
| ৭। | লৈবগে কদায়দা (শৈরেং) | ২১/১১/০৪ | রাজেন খুমুকচম |
| ৮। | Entrepreneurship Devt. (Gd. Bk) | 11/04/05 | R.K.Gunachandra |
| ৯। | নুংশি শক্তম (শৈরেং) | ১২/০৬/০৫ | হারিবম মৈনো সিংহ |
| ১০। | মচু মচুগী সংসার (বারী মচা) | ০১/০৯/০৫ | রাজেন খুমুকচম |
| ১১। | হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসিরওন (প্লে) | ০১/০১/০৬ | হিজম শান্তিবালা দেবী |
| ১২। | লান খাম্বু ইমা (শৈরেং) | ১৪/০১/০৬ | তোঙ্গম সরোজিনি চনু |
| ১৩। | লৈচন (শৈরেং) | ০৪/০৬/০৬ | বাবুধন চিংঙাখম |
| ১৪। | তেংথারোল (শৈরেং) | ০২/০৭/০৬ | জে : এস : কোলম |

*১। ইমাখোল লিংখৎত্রিঙৈদা ফোঙখিবা লাইরিক ওইরবসু ইমাখোলবু পোকহন্বীখিবা অমদি ইমাখোলগীদমক্তা কৎখোক্লবা লাইরিক্কি লৌজদুনা ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুরগী লিষ্টতা হাপচিল্লবনি।

—ইমাখোল

# ''খুদোল ,,

* নীংজমব- বুংশিমব ফংবাখিদ্রুবা কায়বক্তবা কায়বক্তবী কয়াগী পুক্রীংবা লেপ্পা লৈত্রবা শান্তি ফংববা লাইরিক অসি খুদোল তমাজ।

* বুংশিবগী মরমদা থিজিনবিরিবা খুদিংমক্তা মীদসু ,লাইদসু, পোংশকশিংদসু লাইরিক অসি খুদোল তমাজ।

* বুংশিবগী মরমদা থিজিনবদা চংলিবা পোংশক খুদিংমক্তা অমত্তসু ওইসনু, অঙাবনসু ওইসনু-অইংবা নত্রগা অশাবসু ওইসনু-অমা হেক্তা ওইসনু পোংশকশিং অদুগা লাইরিক অসি খুদোল তমাজ।

* কবাশুম্বা কবাশুম্বী অমগী শক্তমনু পোকত্রিবসু ওইবা য়াই, পোকলিবসু ওইবা য়াই চিত্রকার অমগী মচু শুবা থল্লবা খুৎচাবি তুরিবা য়েক্লুবা চিত্রকার ওইহল্লদুবা কবাশুম্বা -কবাশুম্বী অমদা থম্মার তাবা লাইরিক অসি খুদোল তমাজ।

* মহাকবি খম্বা হিংজরিবা মীশক অমনু মীওই কয়া কয়াবা শোম্নরিবা মীওইশিংদুগা লাইরিক অসি খুদোল তমাজ।

জে এস কোনসম

# অইবগী পুক্নীংদা ফাউরকপা

## (লাইরিক অসি ফোঙলমদাইদা)

ব্রাবদৈ ব্রাবদি উদবদুনি-ব্রারিবদুগী মরম উদবা। নুংশিবদৈ নুংশিবদি নুংশি হায়বা ঙমদবদুনি। ফজবদৈ ফজবদি পুক্নীংদা পকহৌবা ফজবদুনি।। পাম্মুবদৈ পাম্মুবদি শোকপা ঙমজদনা পাম্মুজবদুনি।।

নুংশিবদা "নুংশি" ফোঙখিদবা নুংশিবদি নুংশিবা নত্তবরা ? নুংশি ফোংখিদ্রবসু মিৎয়েংনা, হকচাংগী লোনচৎনা (Body language) খোঙথাংনা, ফিভম্না মাবু মানা নুংশি হায়বসিদি খঙফম থোক্করা, উফম থোক্করা, পুক্নীংদা তাফম থোক্করা ? মাগী ব্রাবদা ব্রাজবা - পিনিংবা মতেংদি করম্না পাংঙুনি খম্না নুংশিবা - মসিসু নুংশিবনিদা - "অরোনবা নুংশিবা"। পাপ চেন্না নুংশিবা ! (অরোনবা থবক্তি পাপ চেল্লি হায়নৈ।)

অরোনবা নুংশিবা লৈফম থোক্তে। ফোংদোক্তবা নুংশিবা লৈফম থোক্তে। মরমদি খোঞ্জেলনা লোৎলবসু (খোঞ্জেল ওইনা ফোংদোক্রসু) অইবা ওইনা পিদ্রবসু (নুংশি চিঠি থাখিদ্রবসু) মিৎম্নানা লোৎলক্লোই, মায়থোংনা হায়রক্কনি করিনো খরদি।। অদুনা নুংশিবদা পাপ লৈতে, অরোনবা লৈতে।।

নুংশিবদি ঙাওবনি।। ঙাওরবদি নুংশিবনি - অঙাওবগী থম্মোই খঙবশিংনা।।

নুংশিবা নঙদি পিকইদা। ফোঙদোকপা য়াদে, য়েংলুবা য়াদে। ইদোম মৈচাক খাঙবা তাবনি - পিক্লবা ঈচেলসে পুদুনা পম্লুংফমগী ব্রাংমদা। (খুদম লুখ্রাবি অমদা)

নুংশিবা নংদি চাউইদা। নহাক্না পুবিরি পুনিংবা মায়কৈদা - নুংশিবনা লৈরিবা নুংশিবগী তুংনফম নুংশিবা সাগরদা।।

নুংশিবগী পম্মুং লৈতে। নুংশিবগী অহৌবা লৈতে, অরোয়বা লৈতে। মতমগী খোঙচৎকুম্বনি। অহৌবা লৈরবদি, অরোয়বা লৈগনি। অরোয়বদু পম্মুংনি, অহৌবদি করি ওইবা তাই। (ঐঙোন্দা ফাওজবনি!!!) অহৌবা লৈত্রবদি পম্মুং লৈফম থোক্কে নুংশিবা উঙমদে, তাঙমদে, শোকঙমদে - শোঞ্জবা, নিংজবা নত্তনা। শোঞ্জবা নত্তনা ফংঙমদে, নিংজবা নত্তনা উঙমদে।

নুংশিবগা লোয়নজবদি নিংশিংবনি, অচিকপবু থিজবনি। অচিকপদা নিংশিংজবা - নিংশিংলগা অচিকপবু পামজবা নুংশিবা নংগী নুংশিবনি।।

নুংশিবদি ইবুঙোগী খুদোলনি পাম্মুবনা ইবুঙোগীময়ানি। মীনুংশি কৌবনি অথোয় অহেনগী পাপ-চেল্লবা নখোয় ঐখোয়গীদি।।

নুংশিবগী মফম লৈ থম্মোয় খুদিংদা। কনানা কনাগী মফমদা পুন্সিগী ওইনা নুংশিজবা, পুন্সিগী ওইনা তেঙথাজবা -খঙখিদ্রসু খেন্নবা লৈতে নুংশিবা কৌবা থম্মোয়দদি।। পম্মুং লৈতে তাউজবদুনি ইপাক্তুদা !!

পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা ফাউজবথক্তনি।

''জে এস কোন্সম''

# প্রসিদেন্টগী ৱারোল




কবিতাগী মনুং চৎপা ; মায়বা মচাক্তনা থম্বা মহাকাব্য খণ্ডকাব্য কয়া অমসু হৌজিক লেপ্তনা পুথোক্লরক্লে । মসিগী মথল অসিমক্তী চল্লবা মমি অসি শ্রী জে এস কোনমগী লাইরিক ‘তেংথারোল’ হায়বসিদা থেংনবা ফংই । অমরোমদনা রোমান্তিশিজম ত্রেজিদিনি হায়বা মথলগী শরুক্তা পুশিঘসু য়াই । হৌথিবা পুলিদা থেক্তনখিবা কয়া অমা শৈরেং লাইরিক ওইনা পুথোকপগুম্বনি । অশেঙনা অইবগী পুলিদা থোকখিবা নত্রগা থোকখিদবা হায়বসিনা তোপ তোঙ্গা অমনি ।

কবিনা নীংঙমদবা কয়াগা লোয়ননা ফোঙদোক্লি। “চৎলিবা পৃথিবী, ওয়ক্লিবা মালেম/ অহোংবা লৈতে ঐঙোন্দা/থাজগা কোরৌগা, পূর্নিমাগা থাশিগা/কায়বা লৈতে ঐঙোন্দা ।”

মণিপুরদা মথল অসিগী শাংনা ইবা শৈরেং অসি হিজম অঙাংহলগী ‘খম্ম থোইবী’ শৈরেং’দা মমি তাবা মীয়াম্বা থেঙনদ্রে । করিবু শৈরেং কৌবগে ? মসিগী ৱাহস্লোক অসি অসুক্কী মতিক লুদ্রে । হায়নবা লৈ । শৈরেং ইরি, শৈরেং পামজবা মীশক অমনি অদুবু শৈরেং করিনো হায়না হংলকল্লবদি ঐহাক খুম্বা ঙমদে । মসিদি নুংদা কবিনা পুন্সিগী মতাং অমবু অম্বা তেংথারোলদা অসুম্বা ইথি– “বসন্ত”ই থোঙলোইদা নুংশিবা অম্বিবা/নাকেন্থ”ই মতমদা নিংশিংবা পিবিবা/কায়নব”ই অংকক্তা পিরাং শিন্ধ্রনবিবা /ওইরেনে মসিনা পুন্সি থোঙচং।”

এলেগী নত্রগনা অম্বাবা ঈশে মথলদা ইবা শৈরেংনি হায়নসু খম্নবা য়াবা মথলনি। তোপ তোঙ্গা/নিংঙমদবগী ঈশে শৈরোল কবিনা শৈথারি “য়েংজখিবনি লৈরাং লৈস্না মংবু / খম খম্না “ করিদা শোয়খিগদগে” / শাখপ তোয়না পাইবা ঙমজদ্রবা/ বসন্তগী চোকথরবা কোকিল অমনা ।”

অইবনা য়াখলগী য়াংলবা মণ্ডলান অমদা আম্বা অমসুং থম্মোই অনী অসিবু নকুহন্দুনা য়াম্না কাওররোইদবা অমা ওইনা অসুম্বা ফোঙদোক্লি – “চেংলৌ শক্তম উথিদবা থোক্লবসু / কোলোয় মীংলেন হোংখিবা ওইরবসু / য়াম্বা থোঞ্জেল তাথিদবা তারবসু/ লৈহৌরনি আম্বাদি লেংদনা থম্মোইদা ।”

নিংবা কায়রবা মীশক অমনি । অদুবু পুন্সি লানফম অসিদা হিংদবদি য়াদে । অম্বাবা পোৎলুম কয়া লৈরসু থেংনখিগনি হয়া লৈতনা ; মরি লৈননা ইরি কবিনা -- “লূপতে হায়বতা মণ্ডাইরবা /হে হিহোনবা ঐনি হি হোনবা /লুম্না য়াদে হিহোনবা / নৌরেন পায়য়ু, হিমায় থিয়ু হিহোনবা ।” শারবা নুংশাদা থোংলি কোকিলনা কুহু কুহু । থোঞ্জেলদুমক্লি তত্তনা ঙসিসু তারিবা অইবা অসিগী নাকোংদা । অদুবু অথাং কনবা অমা ওইনা হিংখিনি, ইথিনি, শকখিনি অম্বাবা ঈশে কয়া লেপ্পা লৈতনা, হিংখিনি পুন্সিগী লেমহৌরিবা শরুক । অসিগুম্বা মথলগী অইবা কয়ানা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্তৈবুদি প্ললহনগনি। আশা তৌরি ইবিরক্লবা ফজরবা ৈলচন কয়া মীতৈ সাহিত্য লৈকোলশিদা ।

তাং ১৬/৬/২০০৬ ইং,

রাজকুমার গুনচন্দ্র

# ইমাখোলগী ৱারোল



কেশো সিংহ ইরেংবা

ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবমগী ইমাখোল পল্লিকেসন্স, মণিপুরনা মথং মথং মসিগী ওইনা মায়পাক্লা লাইরিক ১৩ পুথোকখ্রবগী তুংদা সাহিত্যগী সংস্থান অসিগী ১৪ শুবা লাইরিক ওইনা জে এস কোন্সমগী শৈরেং লাইরিক 'তেংথারোল' অসি ওইনা পুথোকচরি। ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ারনা ওইরকপা কবি নত্রগা অইবশিংদি মমীং চৎনা ফাওগল্লি, অচম্বা ওইগন্দে। অচম্বা খুদম অমনীদং লৌখৎচরবদা সাহিত্যগী লমদা মমীং খঙদবা লৈত্রবা ডাঃ লমাবম কমল, হৌজিক্কীনা ডাঃ যোধচন্দ্র সনসম অসিনচিংবা। ইঞ্জিনিয়ারদসু অদু মঙাই। কৈশাম প্রিয়োকুমার, সরতচান্দ থিয়াম, বিজয়কুমার তায়েঙ্জম, মনি মাইরেনবম, বাবুধন চিংঙাখম অসিনচিংবা। জে এস কোন্সমসু ইলেক্ট্রিসিটি ডিপার্টমেন্টকী একজেক্যুতিভ ইঞ্জিনিয়ারনি। খুরাই কোন্সম লৈকাইদগীনি। ইমাখোলগী মশক নাইবা মেম্বর অমনি।

অহিংগী তাংলৌ লৈনা থেঙলক্লবা, নোংয়াই চবুক লোল্লক্লবা কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেল নত্তনা মীচিক মীরাওখোল অমত্তা তাবা ফংলক্লবা মতমদুদা কবিগী থম্মোইদা নুংশিবগী শাফু কল্লবা চৈনা অমা কন্না ফাওরকুনা তুম্বা হিপ্পা য়াদনা মদোম চৈনা খাঙজবা, মপাঙ্গল, মতিক ময়ায়দি কনখ্রবা, খুৎনা শোক্লবসু য়াদবা, মিৎনসু উঙমদবা, থম্মোইনুংদা মাগী মফম ওইজবা নুংশিবনা, পুনিংবা মায়কৈদা চিং-চিংদুনা কোয়পু পুবীবদগী কবিগী থম্মোইদগী চেন্থরকপা শৈরোলশিং অদুনা ওইরকপা তেংথাবগী শৈরেংনি 'তেংথারোল'।

মহাক্কী ৱাখলদা থিংউবা ঙমদনা শৈরেংনা ঈফুৎ ওইদুনা চেন্থরকখি। অহিং নোংয়ায় অদুমক্তদা খোর্জেখুত্তা পায়দুনা অঙৌবা চেবাংথক্তা খোৎচিল ইশিলহৌখি। মতমদু অইবসি তশেংনা শৈরেংদা ঙাওরকুনা কবি হায়বদু ওইরকখি। শৈরেং অদুমক্তনা ঙসিগী শৈরেং অসি ওইরকখিবনি। শৈরেংগী লাইরিক অসি সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অমা ওইনা লৈশাৎ তম্বা ঙমহন্বীয়ু, পাবীয়ু, নৈনবীয়ু। অইবশিংবু পুক্লিং থৌগৎপীয়ু হায়না মীয়ামগী খুত্তা ইমাখোলনা নোল্লুক্লা খুৎশিন্নজরি। অইবগী মফমদগী ইনিংবগী পাঙ্গল হন্দনা ইননবা খোর্জেগী মূক খক্তবা ওইরসনু।

অৱাং পোৎশংবম খুনৌ,
তাং ১৪।০৬।২০০৬

কেশো সিংহ ইরেংবা
*সেক্রেটরি, ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জে লূপ*
(ইমাখোল), অৱাং পোৎশংবম খুনৌ

# জে এস কোন্সমনা তেংথাজৈ

কল্পনানা মপুং ওইবা
শক্তম কয়া শেম্নদুনা
নিঙোল ওইবি অমদা
প্রকৃতি খুৎশেম অনিনা
মখল মখলদা লৈতেংলদুনা
চান্নবিনি নুংশিজবিনা খন্না
করিগী করম্না কায়নহল্লিবা
পক্লুংনা কদায়দা মাঙখিবা ...... ।।

বসন্তগী অচায়বা পোৎলমশিংবু
মমি শান্নবা থৌদোক কয়াবু
পুক্লীংদা ফাউরকপা ইথিল কয়াবু
কোরৌ মশেকপু থাজ মঙালবু
পুর্নিমা থাবলবু থাশি অহিংবু
লাচ্চরিবা নিঙোলগী ফজববু
চিত্রেশ্বরি ওইহল্লদুনা চিত্রকার অমগী
পুক্লীংনা পুক্লীংবু থেম্নদুনা ....... তেংথাজৈ ।।

য়াইফ মঙোল পীদুনা
পুন্সি ঈচেল ইশাক্তা
পক্লুং তাল্লিবি হিয়োনবি অমদা
মপোক অমগী ব্রাবু পল্লদুনা
য়াব্রা খোঙ্গেল কায়দনা
চেংলৌ শক্তম মাংদনা
কোলোয় মীংলেন হোংদনা
নীংজ-পক্লুং য়ৌননবা ........ তেংথাজৈ ।।

খুৎশারক্কী কুন্দো পরেংনা
নিঙোল লৈতেং ওইখিদবা
চৎনবি ইথিন কয়ানা
নিঙোল পুক্লীং ওনখিবা
মঙলান কয়ানা মঙফাউনখিদবা
বসন্ত ঋতু কয়ানা
পূর্নিমা থাবল কয়ানা
পুন্সি ঈচেলদা ঈনোং হাপখিদ্রে
....... অসুম্না তেংথাজে।।

কুমওন কুমওনগী ওন্নক্লিবা ঈচেলদা
নিঙোল ফিভম হোংখিবা
থবায়গা থবায়গা অহিং কয়া
পারি শেগা য়েপ্পা
ফিগোন্নবি ফিরেপ কয়াদা
কন্ননানা মপুং ওইবা
শক্তম কয়া শেন্নদুনা
নিঙোল ওইবি অমদা
জে এস কোসম্না তেংথাজে।।

* * * * * *

তেংথাসনু মপোক মপোক খুদিংদা
মরোল মরোল নাইনা
খোমজিন্নদুনা মচোয় মচোয়বু
শেমগৎচনবা মশক মওং অমা
ফজে ফজে হায়ননবা
কাউবা ঙমদনা নীংশিংলিবমখে
অপাবনা, অইবনা, অফোঙবনা
মীরোল নাইদনা তাক্কক নাইদনা।।

*From the desk of*
*page maker & printer - group.*

# "তেংথারোল"

মীচিক মীরাউ তাখিদ্রবা
অহিঙ তাংলৌ অথেংবা
থাজ মঙালনা তারি
পাখঙ কাগী লৈমাযদা ॥

উইশিলি হাযবতা ভাইরবা মীৎস্নানা
হৌখ্রবা নং ঐগী পুন্সিবু যেংলুরি;
শিস্থরিবা মীৎলু পীরাংনা
পাখঙ মাযথোঙ লুপ্লম্রে ॥

লাইবক্তা তম্নমদ্রবা কাযনরবা নুংশিবা
ঐবু - নংবু থাদোক্তুনা চৎখিদে;
কাযনরমদাই নংগী যারা খোঙ্গেম্না
নিল্লরি থম্মোযবু থেল্লদুনা ॥

চিক্রবা অসিগুম্লবা অহিং — পোখাকপম খঙদ্রবদা
চৎখি ঐগী রাখল নংগী নাক্তা;
হৌখ্রবা নিংশিং মখি পুদুনা
হুল্লকখি মীৎস্না পিরাং-পিরোইননা ॥

মতমদুগী রাখলগী কুন্দো পবেং
যৌবকখি মাংদা তনৌববি খুৎশালক্তগী
মোমোন্নববি মাযথোঙদো শমজিবৈগা লোযননা
মাংখি অমুকসু কল্পনা ঈপাক্তগী ॥

নুমিত্তো তুমিন ইদোম কনা যাওদনা
কপখিবা বজাই-বেঙ্গুন খোঞ্জেল্লক্তা
কবিগী নিংশিংহল্লি হে চিক্লবা অহিং।
হৌখ্রোনে হৌখ্রো নহাক্কি মতম ॥

শোঞ্জখিনে অসুম্না পাঙ্গল থোক্ত'গুম
"চৎলোনে কাযনবসি, অমুকহন্না উনবগুমসি;
নিংজবা মপোকপা লোংওন অমদদি
ঙাইতমগে ঐ, ঙাইতম্মু নংসু ॥"

ঙসিগী শিন্থবক্লিবা মীৎলু পীবাংসিনা
চামথোক্লসি মুত্তিফাওবা অমমমতা ওইনা
রাবিশিংদো যেকম্লবা নং ঐগী থম্মোইদা
থৌদোকশিংদো নিংশিংনিংদ্রবা নং ঐগী পুক্সিনা ॥

নুমিত্তুগী বজাই বেঙ্গুন খোঞ্জেলদুনা
নিলখিবনি থম্মোযদা কুমওন খুদিং
নুমিৎসিগী থাবানদা, থাজগী মঙালদা;
বারৌগনবি নংদি বারৌফম লৈখিদবনে ??

লৈরম্মি হায়খিনি ঐগীসু অমা
থম্মোয়না হংলকপা তাববা
থাজগুম ইংজবি, নুমিৎলৈগুম ঙাঙবি
ঐগী অৱাবদা ৱাবিবা কনাগুম্বি অমা ॥

নিংজ-মপোক লাংওন অদুদদি
শেমলসিকো যৌবনগী ৱাবি কয়ানা
মুৎলবোইদবা নুংশি মুর্তি অমা
লেংদ্রবা থম্মোইদা নং-ঐগী ॥

নুংশিদবো নুংশিবা মপান নাইদবা
নিংশিংলকই মতমদো, ঙমদেনে নিংশিংদবা;
লোকখিবা পাম্মুবিগী নিঙোল শঙ্গাইদা
লাকখিবনি লাক্কে খন্না, নশুংলাংগীনি ॥

চৎনবিগী থৌইনশিন্না মাংওইনরবি
থম্মোইগী যাৱাখোন্না তুংওইনরবি
ওইনজগেকো পুক্নিংগী আশা লৈরিবমখে
ইথাযথিনি লোঙদ্রনি নংগী কল্পনাদা ॥

অদুগনে,
অকা-অথোয় তাইবঙগী লমজেন্দা
তোল্লবা শোঙ্গুবা শান্নবোই অমগী
পাঙদবা মতৌদা থৌনা পিবম্বি নংদি
যাইফবা ওইয়ুকো মতম খিবিক্তা ॥

নিংশিংদ্রনে,
"অওনবা লৈচিনগী শক্তম অমদা
নংনা য়েংখিবা, ঐনা হায়খিবা;
খিক্লি-খিক্লি চুখিবা নোংজুদা
মোমোন্নখিবা মালেম্ম লৈমগী মতৌগুম ॥

অঙাংবা গুলাপনা লৈতেংলিবা লৈকোন্দা
শাখপ তোয়বা খোইমু য়েংলগা
মায়থোঙদা পিরাং পিরোয়নরদুনা
হায়নখিবা বারোল, থম্মখিবা পম্বুং ॥

কোকিলগী পুক্লিং হুববা সুরনা
খোংখিবা "কুহু কুহু" খোম্বাং য়ৌনা;
শৈদমখিবা নংনা খোঞ্জেলদুদা
শৈশকখিবদো ঐনা মতম'দুদা ॥

পুনিমাগী লৈচিন থাংদ্রবা অহিং অমদসু
য়ুগায়না শাৎলিবি কুন্দোগী লৈনমদা
চায়খিবদো লৈবাং খুজোক-খুজোক্কা
চংজববগুম নংগী থবায়না ঐগী আত্মাদা ॥

নুমিদাংবাই কোরৌগী ঙড়োনবা মশেঙ্গা
লেপখিবা নংনা তোর্বান বাংমদা
অভৌবা কিজোল থোঙনা ভনৌ-ভইং
খোংদাবকপগুম স্বর্গগী লাইরেম্বীনা মালেমসিদা।"

নংতননি শুঙ্কৎখিবা ঐগী থম্মোয়
মতমদুগী ঐবু-ননাক্তা নাওশুমবিখিবা;
ইহৌরকখি বসন্তসু মতমদো ইপোম নাইনা
মিরবা সুরগী নুংশিরবা শৈহেক্তা ॥

নোক্লরোই ননাক্তা কৈদৌনুংদা ঐদি
লাকউ তেওনা মোমোন মীনোক্তা নংদি;
শিঙ্গবক্কনু পিবাংদি নিংঙমদ মতৌশুম
অবোযাবা উনখিবা কাউবরোইদবা মীকুপকি ॥

থেংথাজবদনি নুংশি-তোবান্দা যম্মদুনা
লোখ্লোকবা থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈচাক;
লৌজবদনি নুংশিবগী মৈচাক "কাযনবা"
বিথিনা তেপ্পিবা মপোক অসিদা ॥

লৈমন চন্দলৈনি। নংদি ঐগী লৈমন চন্দলৈনি
উহনবিবৈ নংবু তেওনা মংলান্দা;
কবি কবম্মা হায়নিংবা লৈহৌবনো ?
কবম্মা কবি লমন তোলহৌবনো ??

মালংদা তাউববা ঐগী রাখলনা
হায়জখিবনি নংগী ওইবা মংলান্দুদা
লাকখো অমুক্তদি লাকখো
অরোযবা ওইনা বিদায় পিজখিগে ॥

শাখপ তোয়জবা ওমজদ্রবা খোইমুগী
কখোক্লগে নিংনা কখোক্লবা থম্মোই
লেংদনা লৈরি ওসিসু শাগোম্না
লাকখোনে অমুক্তদি অরোয়বা ওইনা ॥

লেংলবনি লৈচন শুদ্রবা লৈ-পরেংসে
মায়থিবা কংলবা নুংশিবগী নায়ক্লা
ইববনি সুর-তাদ্রবা কায়ন-ঈশৈসে
নিংশিংদুনা হৌখ্রবা নুংশি-মংলানবু ॥

লেপখিবা "কায়নবা" মানা নংগী মীচওদা
লাপথোকখিবা "পাম্মুবা" মানা ইনাক্তগী
থম্নবোই নিংওমদবা লাক্লিবা পুন্সিদা
হিংলগেকো এ নুংঙাইনা নোক্লা-নোক্লা ॥

ঊনখিদ্রবসু ননাক্তা লাক্তুনা পুন্সিগী
তম্নক্নে খুদোল অমদি কুমওন খুদিং;
লৌশিনবীয়ু লৎনদনা পুক্লিং কিশি কিদনা
যারোইকো এ, পুন্সিগী তেঙথাখোলনি খল্লবা ॥

ওসিগী অহিং পুর্নিমাগী থাবল
কুমওন খুদিং লাকখিনি
নুংশিবা ইপোমদা তাউরদুনা
লাক্লোইদবদি নংতনিনে হো লমলানবি!!

য়েম্বোক্লিনে ঐনা ঐগী নুংশি-পোৎলুম
চিক্লবা অহিংগী পুক্লিং হুববা দৃশ্যদা
শিম্বহল্লিনে পিরাং লেম্না লৈতনা
নিংশিংদুনা অদুঙৈগী নুংশিগী থৌদোকপু ॥

কপখিনিকো ঐহাক কাউদ্রিবগওবা কায়নখিবা
তৈথোক্লোই পিরাং শিম্বরক্লিবা মীৎলুদা;
নোকউকো নহাক থাদোকঙমদ-থাদোক্লবদা
নিংশিংলরোই খল্লোকো হৌখ্রবা বারিদো ॥

পুখ্রে ননিংতম্না পামজবা কয়াদি
লৈহৌরে পিনিংবা কয়াদি থম্মোয়নুংদা;
লাক্লরোই অমুকহন্না লাক্লিবা পুন্সিদা
থম্মোয়সিগী নুংশিবা নংবুও! নুংশিবা ॥

তারনি অরেম্বদা থম্মোইগী রাকৎসে
চৎখ্রবদা নিঙাইদনা চৎখিগদবা নংনা ;
পেনবা কৌবা লৈতে থম্মোয়সিনা
ঙাইখিনি ঐ-কায়দোংখ্রিবি নংবু ॥

পানখিনে থম্মোয়দা, তাখিনে মমি
মৃনা য়েংলকখিবা মীৎন্না থম্বালনা
লাক্কুনা পম্বৌ খরাই-থোঙ্গাল লাম্না
অদুঙৈ পম্বৌ শঙ্গাই'নুং নিঙোল কাদ'ই ॥

নিঙাইদনা চৎলিবা মতমগী খোঙচত্তা

লৈবাংতনা থল্লবা লৈকোন্দা

রাশক পৈবে লোমখ্রবি হে চান্নবি

ইগনি ঐনা নংগী ঐগী নুংশি-রাবি ॥

যৌবনগী অতোয়বা মীকুপ্তা

নুংগী মুত্তিওম লেংদবি হে অথোয়বি

পিবাংতনা থল্লবা ইচেলদা

তাউথহনগনি ঐনা নংগী ঐগী নুংশি-রাতি ॥

হৌখ্রবা পুন্সিবু নিংশিংজবগা

পিরোয়ননা চান্নবা কয়াবু ঙাইরিবা

লাঞ্জদ্রবি মখোয়গী মফমদা

তম্নগনি ঐনা নংগী ঐগী নুংশি রাতি ॥

অমুকসু,

ঐগী থবায়না লেপলি

পুক্নিংনা পোম্বা ওইরদুনা

নুংশিবা সুবগী ইপোমদা

চান্নবি নংবু ঙাইনা ॥

ভাইবদি লেপ্লোই লাক্রবসু নংনা
শোঙবসু লেপ্লোই তাদ্রবসু নংনা
নিংজবসু হোংলোই নিংহন্নবা পুন্সিনা
মৈচাকসিসু মুৎলরোই মৈরায়বক্লিবা থম্মোইদা ।।

মশেক মঙাল ইথোক থোক্তবা
অরোয়বা উনখিবা চিক্লবা অহিংগী
মচু মচুনা লৈতেংবা কিজোলদা
নংগী মায়থোংনা কয়াদা খোয়দাজখিবা ।।

কাউবরোই নিংশিংদুনতা লৈরবনি
উরবোই খোয়দাজবা চেংলৌসু
চংজরবোই ননাক্তা পুন্সিসিনা
ওইরবোই অদুঙেগী লৈপুনসু ।।

খঙরুই নহাকসে মতমদুদি থম্মোয়না
''রাখলগী লৈকোন্দা শাৎচবি লৈবাংনি
থম্মোই হুনা লৈশাৎ তমজবিবনি
পুক্লিংগী চাবনি, নুংশিবগী মচুনি
লৈরাং লৈনম্মা পুক্লিং হুবনি ।।

পুন্সি হিনাউথক্তা চেংহি শম্বাল লাংলিবনি
পাখঙ পুক্লিং হুনা কেজরিবনি
চুরিবা নোংগা পাঙ্খক ওইবিবিনি
পুন্সি মীৎয়েং ওইরিবি লৈনুংশিনি ।।''

চোৎলবা চোৎলবি মীৎস্না মরিনা
হঞ্জিন-হঞ্জিন চুংশিন্নখিবা মীৎয়েংশিং
অরোয়বা ওইনা শান্নখিবা
মায়থিহৌরে নুংশি বন্দী ওইনা ॥

উৎনিংলুবনি চৎনবি খুনাইসিগী 'মাংদা
পুক্সিগী অপান্না শক্তম অমা;
অওই-ওইদ অনিগী চাংয়েংদা
মাইথিহৌবে নুংশি বন্দী ওইনা ॥

কপহল্লি কবিগুম্নদসু নিংশিংবনা এবু
থুংবিবরে তাইওন্না তাইবঙসে এঙোন্দদি
থাদোক্লেনে থাদোকঙমদ আশা 'পুন্না
পামজ-পামজনা, পাম্মু-পাম্মুনা ॥

ঙাইবি ঙসিসু ঙাইখিনি হয়েংসু
অহিং কয়া, অচিকপা কয়া
মীৎকম হোংদনা অচেৎপা পুক্লিংগা
পুক্সি বসন্ত লোইদ্রিক্কাওবা ॥

মপান নাইদ্রবা রাখলগী ঈপাক্তা
মফাং মফাংলবা রাখলগী ঈপাক্তা
নোক্লা নোক্লা চৎমিন্নখিবা নংবু
লম্মুক্লবরা কবিনো উখিদরে ॥

হন্না হন্না কয়ারক য়েংখিবনি
খোঙ্গুল লীবা ঙমদ্রবা পাংদ্রবনা
নুংশি পম্বুংবু য়ৌগে তাল্লিবা
অরেম্বদা তাহল্লোই, অরেম্বদা মাংহল্লোই ॥

কায়ন-মৈশাগী লৈচিন্না খুমখ্রবা
থাজনা থোক্লকপা ভাইনা শক্লিবা
ঐগী নুংশি-ঈশৈশে থল্লবনি
অদুঙৈগী নংগী ঐগী নুংশি রাবিতনা ॥

হে থোক্লিবা মেরাগী থাবলও!
য়ৈকুবো মশানৌগী নাক্তা কনা-খঙদ
থাবলগী মশেক্না লুপাগুম পাল্লবা
লুপহল্লু মাবু বসন্ত'ই কল্পনাদা ॥

হে শাৎলিবি কুন্দো লৈনম পুবিও!
য়েল্লুবো মালেম লৈনা চত্নুনা
লৈবাং লৈনম্না মশানৌগী 'নাক্তা
তম্বিরু মশাবিদি লুপহৌইনে ইচেলদুদা ॥

মাংখিনুকো মাংখিনু হে শায়োল্লবি!
ঐগী নুংশি কল্পনা ইপাক্তগী;
মপোক লাংওন অদু য়ৌরক্লে
মপোক মহৈ য়াল্লবনি য়াল্লবা !!

য়েংলকউ নুংশিনা মোয়োন-মীনোক্লনা
ইথক-ইপোম মরক্তা নুংশিবা সাগরগী;
য়েংলিবনি এসু য়েংলিবা তোর্বান্দা কমদুনা
নুংশিবা মতৌ নংগী মতমদুগী ॥

শকলকউ ঈশৈ মিরবা সুরদা
শংবান্নবা অতিয়াগী তারমদাই কোরৌগী
মচু মচুগী অপাইবা লৈচিনবু য়েংদুনা
নিকহল্লু থম্মোই ঈশৈগী ইপোম্মা ॥

নত্তে! তায়োম্নরে এ, হায়জরিনে নঙোন্দা
হিংজরি এদি মহৌশাগী মহৌশাগুম;
কল্লকহনবা নত্তে, নিংজরি তাকপনি
বারৌহনবা লৈত্তে, নিংশিংলি উৎপনি ॥

খাঙজবনি বিধিগী কোক্লরোইদবা চৈনাখোল
কাংজবনি পুন্সিগী লোয়নাইদ্রবা লাইমন
খোল্লাউনি থম্মোইগী-পুক্রিংনা লেপচবা
হিংজবা অসুম্না পুন্সিগী ওইনা ॥

খোয়দারুদে হৌমিন্নরকপি লৈরাংশিং
য়েংজরুদে 'তুংইনজরিবি লৈরাংশিং
মলোমনি নিংগনু মুৎলরোইদবা পুন্সিগী
লেংদ্রবা কিশিনি কিখ্রবা থম্মোয়দা ॥

পুন্সিগী লমন শিংঙমদ্রবি!
ঐবু ৱারৌনিং-ৱারৌখ্রবি নঙোন্দা
খনথিবা লৈতে হন্না য়েৎচখিগে
নীংথিবা লৈতে নৌহৌনা মিতারুগে।।

যৌরক্তনে নুংশিরবা থাবলগী খোঞ্জেলসে
লাক্তবরনে "নীংশিংবা" নঙগী ৱাখলদা
থাবলগী মঙালগা থাবলগী খোঞ্জেলগা
অমত্তা ওইনা তিল্লরিবা য়াওশংগী থাবলসে।।

শাইনোন শন্নাং হাইনা চোংবা থাবল
শাবি-শানৌগী থন্মোই হুবা থাবল
শানৌগী মিৎন্নাদা তারিবা অপাম-নুংশি
নীংশিংদবরনে নঙবু থাবলগী খোঞ্জেল তারগা।।

তন্নদ্রনে থৌদা পুবা নাখিবা মালংবনা
নীংশিংহৌই মাদি লুপহৌই থাবলগী খোঞ্জেলদা
লেংহৌই ৱাখলগী কুন্দো-পরেং
হৌখ্রবা বসন্তগী নুংশি ৱারিদা।।

হাপ্পরি অনৌবা ইনোৎ তত্তনা
পুক্নীং হুরবা খোঞ্জেলনা থাবলগী;
খঙদবরনে নঙবু ঙহাক্কি ওইনা য়েৎলি'সে
হঙ্গৎলু যারোইদবা পুন্সি ঈচেলবু।।

শেল্লি ৱাখলগী ঈবৈ অমা
চেল্লবি ঙহাকসু অমুক হঙ্গৎতনবু
ওইথিনি ঈচেল অদুম ঈবৈদি
যৌরু যাবোইনে চেন্থখ্রবা ঈচেলদুদদি ॥

তাবগা থাবল খোঞ্জেল থাবলদা
চৎলবি তিন্ন-যেন্ননা অসুম অসুম
নীংশিংবগী অৱা-নুংঙাই যৌদোক
চৎসি যাদেনে খাযদোক- যেঙ্খোক্লনা ॥

লুপ্লিবা ঐবু শুস্কৎলবা থাবলগী খোঞ্জেলদা
ঙাউহল্লি হৈনম পুবি হৈৱাংনা;
তাউরিনে নঙগী কল্পনা ইপাক্তা
লাক্লদবোই নীংদুনা চান্নথোইবী নঙবু ॥

শাবিগী ওইদা শানৌনা শন্বা থা
শানৌগী ওইদা শাবিনা শন্বা থা
শাবি শানৌ অনিগী ইবাংপুবা থা
ঐদি নঙবু পামজথিবনিনে হো লমতা থা ॥

পাখঙ থম্মোই হনা নুংশিবা
লেংজুম নিক্লা চোংবা থাবল;
নুৱা'ই চেংহি শন্লাং-মনম
তিল্লৱে অনি পুন্না থম্মোইদা ॥

যৌরক্লি লেপ্পা লৈতনা 'নাক্তা
হৈরাংগী হৈনম, লৈরাংগী লৈনম;
পোত্থাদরে পুক্রীং রাখল অনিমক
ঙাইরিবা ঐদি নঙবু থাবলদা ॥

উবিনবা লৈররোই কাযনব'ই মৈচাক
তাবিনবা লাক্লরোই খাযনব'ই পাউজেল
খোঙলররোই ঐগী থম্মোইগী বাঁশি
যৈকুনবা নঙগী থম্মোইদা খোন্থাং নাইনা ॥

পাইররোই অমুকহন্না খোনশিরবা কোকিলনা
খোঙলরোই মহৌশাগুম বসন্তগী অহিংদা;
লেল্লগে মপোক-লাংওন অসিমদি
নীংনা নীংনা "মাযানি নুংশিবা" ॥

শক্লিবা ঈশৈ তাবদি তারি
যৌরকপদি লৈতে থম্মোই তাবুনুংদা;
যেংবদি যেংলুই উবদি লেতে
মমলি ঐগী তাইবং মমলি॥

লৌবিগদবনা লৌবিদে, উবিগদবনা উবিদে
কনাবু রারৌনি, কনাদা হাযজনি;
অহিংগী অমম্বতনা অমম্বা নত্তে
মমলি ঐগী তাইবং মমলি ॥

তৎলবা বিনাগী সুবনি
মিরবা খোঞ্জেল থোকলরোই
তৎখ্রবা পুন্সি লৈপুন্নি
নৌহৌনা শমজিনবা যারবোই ॥

পুর্নিমা'ই থাবলনা তত্তনা লাক্লবসু
অদুম মমহৌরনি থাশিগী অহিংসিমদি
কুমওন কযানা বসন্ত কযানা
হাপ্লবোই মঙাল ঐগী পুন্সিদা ॥

মুৎলবা থাউমৈনি, মন্নবা পুন্সিনি
মঙাল অমুক হন্না লাক্লবোই
লম্বী মাঙলে, খোঙথাঙ লেপ্লে
পন্থুংফম লৈতে, পল্লেপফম খঙদে ॥

মতমদো,
যাওল্লকথিবা থরো-থম্বাল থারিকথা
নোকম্মি নোকম্মি তুম্মিন-তুম্মিন;
লৈহল্লকপা মেলৈ-লৈস্না-লৈরাংলেন
মোমোন-মোমোন মোংদ-হাদনা
শাৎলকপা হৈখো মপাল হৈনৌ মপাল
চদুম-চদুম তনিক-তনিক;
তল্লকপা যেন্নিং হৈপাল উপালদা

[redacted]

তনৌ তনৌ পুন্নুম পুন্নুম
লোইখিবগা নাকেন্থানা লাকপগা বসন্তনা
য়ৌরকপা কুমগী নোংজু মতম;
কুমদমলকপা ফাইরেন নোংলিক লময়ানবা
হরাউজখি থম্মোই পেন্না থরায় তানা ॥




অদুগনে,
অমম্বদা অমম্বা হাপ্লবা নুংশিগী অহিংদা
ঙানথিবি মুৎলমদাই মৈরিগী মতৌগুম,
থৌজানহৈবী লমলানবি ওইরবি নঙদি
য়াইফবা ওইয়ুকো মতম থিবিক্তা ॥

কোক্ররোই কৈদৌনুংদা চুখ্রবা নুংশিবদি
মক্রবা থম্মোইগী শেংলবা লৈমায়দা
ওনখ্রবসু মশক মচু মমিং
নোংদম্বনা তম্বিবা লেপত্রবা ঈচেলদা ॥

অরোইবা লাইশোন্নি তোল্লবা নায়ঙ্কি
কখোকচবা পোকঙমদ-মপোক অসে
লাঞ্জদবি নকাদা লাল্লুরবা থম্মোইগী
লেপতনা চেন্থরক্লিবা পুন্সি ঈচেলদা ॥

মতমদুদা শকথিবা শৈহৌ ঈশৈ
নত্তেনে তৌশিন্নবা সুর থম্মোইনুংগী
পানথিবনি লাঞ্জদবী থাজগনবী থম্মোইদা
ওইথিবনি নুংশিবা খোঞ্জেলগী মিরবা সুর !!

করিগুম্বদা চামথোকপা ঙন্নবা ইপাপসে
লেপতনা শিন্থরক্লিবা মিৎলু পিরাংনা
পুন্যগী লাইজ-ইচেল শক্তুনা
নীংজখ্রগে মপোকসে ''মহৈ যাল্লে'' হায়না ॥

থাজ মঙালদা খোযদাজবি থবো
কোরৌ মশেক্তা ঙাউজবি নুমিৎলৈ
শাৎলুকো ফুগাযনা কল্লনা ইহমলক্তা
নীংজ-মপোক লাংওন অদুদদি।।

* * * * *

পোথারুইনে নোংমসু নঙগা নঙগগী কল্লনাদা
পোথাফম খঙদ্রবা অহিং অমদি;
লুপথিবদি নত্তে মীত্তাজনা কল্লক্লা
তাউথথিবনি মফম খঙদনা ঐগী রাখল ॥

শারমগনি য়ুম্বাল রারি নুঙাইবা
তানরমগনি অরাৎ-অপা লৈত-লাযর;
অমনা হাযগনি, অমনা খুমগনি
করিবু চাসিগে, করিবু শেৎশিগে ॥

ঙাল্লকথিনু ইনুং শোরা পুকফবা
য়ুম্বান রারি লোইদ্রি অনিগী
খোংলকথিনু অযুক্কি চেক্লা তুমথখো
তানরি অফ-ফত্ত অমনা অমদা ॥

তম্বিযু মপাউসে মবুঙোদা অসুম্না
''নঙগীনা তাংজবি উরি ঐগীনা থাদোক্লবী থাদোই
মিত্তাজথিনে পামজনা নুংশিনা মতমদো
লৈনমদি ফংজখি, লৈশক্তি উজথিদে॥''

লৈমন চনখিনি কিজবনা
শোকচগে খঙ্গ্রদে, ঙাকচনি তিংখংদ'ই;
মংলান কয়ানি নুংশিগী রাখলদা
নঙতবু মউই, নঙতনা কৌরি ।।

কল্লকপা কনানা মীতাখিনি মীপায়জে
পামজবা কনানা যেংখিনি রাজে
লোন্না লোন্না থমজনিংই ইথানুংদা
ঐগীতা ওইনিংই, ঐতনা রাজে ।।

ওইখিনে য়েকুবা লৈরাংগী লৈনম্মা
থম্মোই থম্মোই নঙগা-ঐগা;
ওইখিনে মীচঙ লৈরাংসু লৈকোন্দুগী
তুমিন-তুমিন মথঙ মথঙ নঙগী ।।

* * * * *

হায়জরিনে,
ময়েং তারমদ্রবা নীংশিংবগী পুকৈনা
কাউবা ঙম্লরোই, কাউগে খল্লবসু
চাংদমবিনবা লৈরমদ্রবা নুংশিবগী পান্দমনা
লান্দবনি লান্দবা নঙবু নুংশিরুবা ।।

নোংমসু মঙলান্দা লাক্লম্বা মোমোন মীনোক্তা
কায়নখ্রবিনি কাউথোক্লুই চান্নরিবিনি থল্লুই;
য়াওররি মঙলান্দুনা মিৎচিনা য়েংথিবা
তোয়না তোয়না চোযজায়নরবি শম্লাংলক্তগী ।।

মঙলান্দুদা,

চৎলিনে পুন্সি পম্বুং যৌনবা
পুন্সি ইচেল ঈপাক্তা তাউরিবা
শোল্লবা লংলা অমগী মথক্তা
ভাইরিনে নঙনা তোর্বান্দা খোঁইরাঙনা ॥

থংনবা মালেম অমদা
মচু-মচুগী লৈকোন্দা
মনম মনমগী লৈবাংনা শাৎলি
খোইমু ইল্লি, ভংলি, তোংলি ॥

মঙলানসিদা শক্লিবা ঈশৈ
মখল মখলগী সুরদা
কৌরিনে ঈশৈনা নঙবু
লাক্লিনে নহাক্লা কযাদা খোযদানা ॥

করিনো খরদি হাযযু
ঐসু তমগে পাউ অমা
পাম্নরা চান্নরা নুংশিনরা মতৌগুম
অদুঙৈ মঙা তরা উনরুবা তুংগুম ॥

উনসি লাকউ মঙলানসিদা
ফনেক খোযখা শেৎলদুনা
নাপ-লৈরাং হাইর-হম্নদুনা
নিঙোল শম্লাং থাদোক্তুনা ॥

অদুঙৈগী ব্লারি লোইশিন্দনা কায়নথিবা
শান্নহৌসি ওসিগী মণ্ডলান্দা
মায়থোংবু কুপ্লিবা পারবা ইন্নফিবু
হায়দোক্তুনা ইখুৎসিনা নখুৎপু মুন্নদুনা ॥

পুখ্রি মপান লৈকোন সিরিথক্তা
অদুঙৈগুম ফম্মিন্নসি, অদুঙৈগুম ওইনরকউ;
থাজগী মণ্ডালদা মায়থোংগী ফজবা
য়েংজহৌনি খোয়দানা, নানজহৌনি পাম্মুনা ॥

নাপগী লৈরাং লৌহৌগে
নুজা শম্লাং চিংহৌগে
অয়ো ফাউনা লৈজহৌগে
নুজা নাপ অদুঙৈগুম-অদুঙৈগুম ॥

* * * * * *

খণ্ডজেনে মবুঙোদা লুপচরবি লৈরাংনি
নীংশিংলুবদা মতমদুগী মনিঙ-তমজরিঙৈ
তম্নিংই নীংশিং খুদোল অমদি
কুমওন্না লাকপগা, বসন্তনা য়ৌরকপগা ॥

তন্নক্কে খুদোল লৌবিয়ু চিংনদনা
তারমদাই কোরৌ মশেক্কী মণ্ডালদা
ওাইরম্মু অদুমক মায়থোং মকালাম্না
অদুঙৈগী থাবল ফিজোল শেত্তুনা ॥

পুখ্রেনে পেন্নাইদ্রবা পুক্লিংসে মফমদুদা
অঙৌবা লৈচিলগী ফিরাংজিনা কুপ্লিবা
অহাংবা অতিয়া লোই'নাইদ্রবা
চীংশাং-নাপোম নুংশিনা চিক্লবা ॥

অমুকসু যৌখ্রেনে পোখাদ্রবা পুক্রীংসে
চীংনুং লোকুং চীংজুম মরক্তা
নীংশিংদুনা নুংশি-য়ারা পাউদম্নখিবা
নদোম ইদোম কনা য়াওদনা ॥

কাযনরমদাই মিকুপ্তা যৌবন পুন্সি নুংশিবা
নাইতোম পোকপি নিঙোল ওইবি নহাক্কি
কপথিদো ইনাক্তা রারৌনা লাকুনা
হৌথিদো মতমদো থেমসি থেমঙমদ ॥

পিরাংনা মায়থোঙ চোন্দুনা
শন্নাংনা নিঙোলবু থেমজগুম
মিৎস্নানা মীৎফম হোংদনা
পিঙমদ বিদায পিথিদো ॥

হংথিনে নঙগী মিৎস্না থম্বালনা
যৌরক্লবদা বিদায়গী অরোয়বা মিকুপ
শিন্থরদুনা নীংঙমদ-পিরাং মিৎলুদ'ই
পল্লেপফম খঙদ্রবা রাহঙ কয়া ॥

য়োমথিনে ইংলবি নওগী মায়থোং
অমকপা মচুগী অরাবা শক্লোন্না
তুমিন লেপথি লিরিবা মালংবসু
লৈচিল্লক্তা লোৎথি নোংমদোন থাজসু ॥

কাওবা ঙমগদ্রনে নওগী পুন্সিদা
ঐবু-----মতমদুগী--মফমসিগী ঐবু
থাজদেনে থাজদে থাজগল্লবা থম্মোইসিনা
নীংশিংলুনু য়ারোইনে নওগী থম্মোইনা ॥

হন্দোকপিরন্নে ইদোম থন্বিরন্নগা থম্মোয়দা
কাওঙমদ্রবা নুংশিগী থৌদোক কয়াবু
চৎথিনুকো নদোম পুদুনদি ঈচেলদো
চেন্থখিবা নওগী-ঐগী মরক্তা ॥

তন্বিরমখো কায়নবসু নওগা ঐগা
চৎথিনু নত্তনদি থাদোকপিরন্নগা ঐবু;
নুংশিথিনি, হেন্না হেন্না নুংশিথিনি
নুংওনথিনি কুমওন বসন্ত খুদিংদা ॥

লাক্লরোইনে অমুক হন্না পুন্সিসিদা
ঐগী থম্মোইবু তত্তনা থেমথিবা
মোমোন-মীনোকসু পিরাংনবি মায়থোংসু
নওগী মতমদুগী অরা-নুংঙাই থৌদোক্কি ॥

নীংশিংগে খনগনু মবুঙোনা ৱারৌথিনি
অদুদৈংগী ৱারি অদুদৈংগী ৱাথোক
মিৎস্লাদা মাযথোঙদা তাহনগনু
ঙসিগী লোম্থোক্তবি ওইরবি নঙবু ॥

লোন্না থুপ্লা যেংজবা
নুংশিগী মলোমনি খনগনু
ইরাল লংজবা ওইজগে
নুংশিববু মীনম্বা থোক্লেবা ॥

খরায থোঙ্গাল লান্না
করিগী লাক্লি মরক মরক্তা
হেন্না হেন্না ৱাহল্লিবা
নুংশিগী নিঙাই হাপলিবরা ?

থাবল থামৈ ওইরকপা মতমদা
অমুবা লৈচিন্না থাজ-মঙাল থৎলকপা
পুক্লীংদা তারি, থম্মোযদা থল্লি
অদুদৈংগী ৱারি, অদুদৈংগী ৱাথোক ॥

চংজৌকো খরায-হকচাংদি মবুংঙোদা
কবিগুম্বা পুক্লীং ৱাখল তযাং তশোযরবা
যারোইদবনি ঐদি যারোই খঙডু
ৱারৌনিকো ৱারৌনি পুন্সিগী ওইনা ॥

নীংশিংবা অমনা পুদুনা
মবুঙোগী রাখল মিৎযেং চোয়হন্নু;
তথক তহা মিৎযেং মহৌশাগী
পাখৎচবি নতৌদা য়ারোইকো ঐদি ॥

জগৎকি মবুঙোনি নঙগীদি
খুভম চেৎনা থৌনিঙ্জৌ;
অরাবা লাক্রবদা যোমোন্নবা তম্মু
মবুঙোগী সেবা কাযদনা ॥

অনম অহা অয়ো নাহে
উহনগে য়ারোইকো পুকফবা মঙোন্দা
হো নরাল ইরাল খঙনা কায়নখ্রবী
"য়াইফবা ওইয়ু, নুঙাইবা ওইয়ু"॥

য়েংলরোই মীতাজনা মহৌশাগুম
মতমদুগী মায়থোং থাজমানবিদা
শক্রুসিনে অদুঙৈগী পিরাং,মলদি
নঙগী যোমোন মীনোক অমনা ॥

নুংনাংবনা থল্লি মহৌশাগা মান্নদনা
পাইবগুম্না অহাঙবা মালংদা
শাথপ তোইঙমদবা ঐগী রাখল
করিননো খঙদে, কদোমদনো ঐবু ?

চেন্নিবা ঈচেল-মতমগী লাইজগী
চেঞ্জেথিনি মথন্নতা কনা য়াওদনা;
চেন্নরোই ঈচেল নুংশিবা ঐগী
পাম্মুনা নুংশিবা নহাক য়াওদনা ॥

উনবা তারবা মরক্তা করিগুম্বদা
কৌবক্কে নুংশিনা, খুন্নকউকো খুম্মিংনা
চৎথিবা তারবা খুম্মিংদনা তুমিন
খন্নুকো করি ওইহৌনি ঐবু ॥

করিগুম্বদা লান্না লৌগে নীংগনু
ইনশিন্নকপনি পুক্রীংনা, য়ারুবনি থম্মোইনা;
মহৌশাগুম ইকায়থিবি মতৌ উৎলক্লবা
হনথিনি শোয়দনা ঐদি নিংহন্ননা ॥

লৈরমথিনি নিংজুয়েবি অমুবা শন্নাং
চিন্নম্নরোই লৈনম চেনবি শমজিরৈ
.........নুরা'ই মিৎস্না থম্বালদি
ভাওরমথিনি মহৌশাগী মহৌশাগুম ॥

ফনেক ফিথক ইন্নফিনা কুপ্পদুনা
য়ুমগী মৌ মান্দা মান্না
থেঙনসিকো মোমোন্নবি মায়থোংদা
অকাও ফিজি খুমদুনা রাখলদা ॥

তম্নমদেদো নীংজবা পম্বুং বিধিনা
লাইবক থিখিদো পোকঙমদ মপোক্লা;
রাখলনা শেমখিবা খুৎশারক্তি কুন্দো পরেং
মাঙখিবনি চান্নবি নঙগী নাক্তা যৌদনা ॥

লৈত্রবনি কাযনবগী অরাবা
ফংদ্রবনি থুংনবগী অপেনবা
ঙাওরবনি ঙাওরবা নশুংলাংগী ঐদি
উজগে খল্লিবা আশাদা নঙবু ॥

কুপথিদো হাংলবা থম্মোইগী লৈমায
শিম্বুথিবা পিরাংনা বিদাযগী মতমদা;
মতমদো লৈথিবনি উদ্দুনতা কাযনখ্রবি !
নোকমিনা মোমোন্নবি নঙগী মাযথোংদো ॥

কাউজখিদে কাযদোংজরবি লৈরাংনি
নীংশিংজবনি মীতাজরুবা লৈতনা
ইনশিনলকপা যাওদনা মদোম
রারৌনুকো রারৌগনবি নঙবুও!

লৈখা তারক্লবা করিশুম্বদা ঐগী পুন্সিনা
থনগনুকো নুংশিব,ই মলোমনি;
ঙমজরুদবনি লৌরুবা পুন্সি থৌদাঙ
লাইবক থিরবা শোম্বুরবা পুক্রীংনা ॥

হিংঙুকো নুংঙাইনা হিংবা ওইযু
লেল্লুকো মোমোন মীনোক্লনা লেল্লু,
থারকউকো-নুংঙাইবা পাওজেল থারকউ
মহৈ যাল্লুকো মপোক মহৈ যাল্লু ।।

যেংলুগে খনগনু নীংঙমদবগী মাযকৈদা
মহাউ তংলুগনু অনুতাপকি মৈশা
ৱাংনা থাংগৎলু পুন্সি পম্বুং
চাওনা থম্মুকো তুংগী আশা ।।

পুন্সিগী মরুপ্পি নহাক, হো মরুপ!!
মপাঙ কাযনরবা চেক্লোনা
কাযদোঙফম লৈতনা করম লেন্দোইনো?
পাউখুমসিমদি ঙাইরি ফংলরোইদবদা ।।

* * * * * *

পুন্সি লিশাং থারেদা
কুমজা কুমওন যাম্লেদা;
কাযনথিবনা অমনি নীংশিংলকপনা অমনি
মবক-মরক্তদি পুক্লিংদা ফাউই ।।

কুমজা কুমওন খুৎথেক খঙদনা
উথিদ্রিবি নঙবু নঙদি নঙনিদা
মাঙদা চৎলিসে ফিজিনা মাযথোং খুমদুনা
নীংশিং মমি হাপ্লদুনা মিৎল্লাদা ।।

হো যৌবন লৈরাং লৈনৌবী
মল্ল-মল্ল লৈনম হেনবি
শাগৈগী মৌনি, মীমাঙ চোপতে
ইনেমগী মনিনি হায়রোইদবা লৈতে।।

পুন্সি-ইচেল তিন্নদে, রাংম-রাংমনি
মায়থোংসু হোংলম্লে, শন্নাংসু ওল্লমলে;
''রায়'' কৌবা সিমদি নীংলরোই
নুংঙাইবদি মপোক্কিনি হায়রমগে।।

কনাবু রারৌনা লেম্দোয়নো
নঙগী-ঐগী খায়বা তাইবংদা
খেন্নবা লৈতে তিন্নদ্রবসু ঈচেল
অমুক্তি তিন্নরখিনি হায়নখিবা নৎতরা ??

নোংমনে মায়থোঙ লাংশিন্না চৎখিবা
করি অকায়বা করি অশোয়বা য়াউবনো
হংহৌগে খন্না হংহৌদে
নীংঙমহৌদে ঐ নীংঙমহৌদে।।

চমম্না করি তৌরবনো খল্লিঙে
লাল্লমলে ঐগী মিৎয়েং রাংমা
লৈহৌবা নত্তেকো খঙশিন্নদবা মান্না
কাউজদে অদুঙৈগী বসন্তগী রারোল।।

নোংম্মা লাক্কে হংলগে নপাউ
তম্বিরকউ অশেংবা ৱা থুপতনা;
পাংজগে নতেং ৩মজবা পাঙ্গলনা
যাজগে শরুক নঙগী অৱাবদা ॥

অমুকসু নীংশিংলিনে থম্মোইগী লাইশোন
"অদুঙৈ বিদায়গী অরোযবা মিকুপতা
শিন্থখিবা পিবাং মাযথোং চোন্না
কপথিবা খোঞ্জেল থোক্ত হিক্রবি সুৱদা ॥

পিরাংদো নিংঙমদবা নত্তে, যাইফনবনি নঙগী
নুংঙাইবা ওইযু যাইফবা ওইযু
মোমোন নোক্না মাযথোং মকালাম্না
নুংঙাইনা পাল্লুকো, নুংঙাইনা হিংঙুকো ॥

লাকখিনি কুমওন খুদিং নুমিত্তো
ঙাল্লখিনি থাবল পুনিমাগী মহৌশাগুম
শাৎলিখিনি থাবলদা খোযদাজবি থৱো
নীংশিংনসিকো হৌখ্রবা ৱারিশিং নঙ ঐগী ॥

নঙগী লংলবা মাযথোংগী মঙালদা
লেপচবদি ঙমজগে, পিনবিযু মসিমদি;
লুপচবা নঙগী কল্পনা সাগরদা করিশুন্নদা
অৱানবনি খনবিনু, মীনম্বনি লৌবিনু ॥

লাক্লবদা পুন্সিগী অরোযবা মীকুপ
উহনবীয়ু অমুক্তংদি নঙগী মায়থোং;
অদুতবু উজ্জরেবদি নীংজনা চৎখ্রনি
"মহৈ য়াল্লে পোকঙমদ মপোকসে ॥"

অমুকসু তাউথথিবনি কল্পনা ইপাক্তা
অদুগুং লৈরাংলেন অথোইবী নহাক্লা
পুক্লীংগী পামজ্জরবা লৈকোন অমদা
লৈতমদুনা লৈশাৎথিবদা অসুম্না .........

নুংশিজ্জে ফোংদোকচবা থম্মোইদা পানথিদ্রবদা
করম্বা থম্মোইনা কায়রোয়দবা লৈবগে
পাল্লেনে থম্মোইদা খাঙজরনি চৈনাখোলসে
কাযরো মচেৎ মচেৎ কেল্লোনে হে থম্মোই !

লেপ্লো হাযরোই থরাযনা লৈরিবমখৈ
লাকখো হন্না হন্না থম্মোই কায়ননবা;
থৌরকখো নীংলরোই মপোকসিদদি
নংগী মীনুংশিগী মিৎযেংদুদি ॥

নুংঙাইবা ওইযুকো য়াইফবা ওইযুকো
পিনবিয়ু পোখাফমদি থৌরাংলবা থম্মোইবু
নঙগী রাখল ফিরাংজি মরুমদা
লোৎচগে নঙগী কল্পনা ইপাক্তা ॥

থম্মোইগী রাকৎ তাথিদ্রবি নঙবুও!
পুন্সি-বসন্ত'ই অঙনবা অয়ুকসিদা
শাযোল্লুকো থুংনরগদবি ওইনা
মপোক লাংওন অমদদি॥

নুংশি নুংশি যেংনসি
পাম্মু পাম্মু মিৎচান্নসি
চুংশিন্নথিবা মিৎস্না থানরোযসি
পুন্সি চুপ্পা থরায হকচাং অনিনা॥

ইকাযথিবি নতৌগা লোযননা
চেংলৌ শকফম হোংলক্কনু;
মিরবা ঈশৈগী সুর পুদুনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কাযরক্কনু॥

চৎলোকো লাইবক্তা তন্নন্নবা
যাইফবা মাগী যাইফকোন্দা;
লেল্লগে ঙসিদি কপ্পা কপ্পা
লাংওন অদু ঙাইনা ঙাইনা॥

চৎথিনুকো পুদুনদি নীংশিং মমি
শোকলুগনু হৌখ্রবা পুন্সিগী লামায;
শিন্থহনগনু পিরাং তুংগী লামায়দা
লেল্লুকো নোক্লা নোক্লা যোমোন্ননা॥

ওইনজখিবা করিগুম্বদা নাকোযননা
উবিদে করিগী নওগী থম্মোইনা;
নুংশিদে তাকপরা ? ইতাংনি হাযরিরা ?
থাজৈনৈ পান্নম্মি অদুমক থম্মোইদি ।।

থকহনখিনে মিৎস্নাসে লৈরিকচেনবি লৈকানা
হুখিনে পুক্রীংসে নুংশিবা লৈরাং লৈনম্না
পুনখিদো থম্মোইসে নুংশিবা লৈপুন্না
শুমখিদো পুক্রীংসে নুংশিবা লৈনম্না ।।

তাখিদ্রেনে নওগী থম্মোইদা নুংশিব'ই মমি
ওইহৌরেনে নীংজমন্দি অরেম্বদা মপোক'সিমগী
লৈথোকলগনি বিধি-বিধাতাগী যাওলদা
তুমদুনা অসুম নাচুংদনা পুন্সিসিমগী ।।

মিতাজবদনি নুংশিনা পামজনা
খঙ্গ্রুদে থদৎকেদি লৈরাং লৈনা;
শাৎলুকো তোমখিন্না নীংজবা লৈকোন্দা
নীংজবা মপোক লাংওন অদুমদি ।।

ওইখ্রবনি মপু পানবি লৈরাং
ঙংখ্রবনি শাথপ তোইবা খোইমুসু;
ওইরেদো লাইবক থিবা খোইমু
মপোক অসে তোল্লবা ঐগীদি ।।

শাৎনিংনা শাৎলো কেজ-মৌজ
মালংবগী তাম্বাদা লৈরাং লৈনম পুবিও!
ফংজরে লৈনমদি মালংবগী শউমদা
লাইবক থিবা শাখপ-লেপ্লবা খোইমুসু ৷৷

অসুম্না খুম্লকপগুম তৌথিনে নহাক্না,
''হিক্তোক্লরোই চৎলিবা মপোক অসিদি
পলেম পঙ্গৌ অনিগী মযাথং
রারৌবোই নীংজৈ রারৌনুকো ৷৷

চৎচবদনি অসুম খম্নুদনা
লাইবক্তা তম্লম্লবা মফমদুদা
লৌজবদনি মাইওন নাচুংবিদনা
বিধিনঃ লেপ্লবা মাযকৈদা ৷৷

মপোক লাংওন অমদা
ভাইজগে তোম্লবি ননাইনা
চেংলৌ শকফম হোংদনা
ইশানৌ খোঞ্জেল কাযদনা ৷৷

থুপচগে থম্মোইগী মন্দিরদা
লোৎপিযু পুক্রিংগী লৈকোন্দা
শাৎচগে লৈরাং ওইনা
ঙংবিযু খোইমু পুকফবা৷৷

থম্মোইগী থুপ্লবা মন্দিরদা
শাৎহনবিনু লৈরাং অনিসুনা;
পুক্নিংগী লোৎলবা লৈকোন্দা
ঙংহঙ্গ্রোই খোইমু অনিসুনা ।।

লৈশক চুম্বিনি তনৌজরিবনি
লৈকাগী লৈরিক কংদ্রিবিনি
চিংনদুনা লৌশিনবিদবা তৌবিনু
পামজনা চিংনদনা লৌশিনবিয়ু ।।

শাযোনবিয়ুকো ঙসিগী লমযানবা
মপোক লাংওন অদুদা
চেংলৌ শকফম হোংদনা
ইশানৌ খোঙ্গ্রেল কাযদনা !!

পৃথি-ইমাগী মতম্বাক্তা
ঙানমিন্নসি থাজগুম-কোরৌগুম
লোয়নমিন্নসি শজিক্লুম থবাগুম
খুৎশম্মিন্নসি পুন্সি পন্থুং যৌদ্রিফাওবা ।।

আশাগী মৈরি মুৎলবি তাংজবিনা
পুন্সিগী কায়দোঙফম থিরকপা
কোযশিল্লরে মহূ চেনবা মৈরিনা
য়ানা খাঙলেনে চাক্তি চাকঙমদ ।।

কচ্চববনি ঙসিদ্দি থম্মোইগী মন্দিরদা
ব্রাখলগী অঙৌবা কুন্দো পরেংসে
চঙজববনি থব্রাযনা নঙগী আত্নাদা
নঙগী ওইবা মপোক অদুগীদমক ॥

লানথিদববনি ঐদি নঙগী কল্পনাদা
লৌবিগনু লান্না, লানগে নীংথিদে
মীনোক মীশা কিজবি তোল্লবি ননাইনি
ফোংদোকচবা ঙমথিদে মতমনা ঙাইরমদবনা ॥

তাংজগে খঞ্জবি উবিরৈ
বসন্ত লোইখ্রবা উপালদা
হন্নি মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা
লাপ্পা থাপ্পা উপালদগী ॥

শাৎলরোই লৈবাং লৈপালদা
যেৎলরোই উরি উপালদা
নিরবোই কনাদসু তাংজফম
তাংজনা পোক্লবা পুন্সিসে ॥

বিধিগী খুৎশেমদা বিধাতাগী যাওন্দা
নম্বিরম্নে লাইবক্তা কাযনব'ই সিন্দুর;
খাওজরগেকো মৈশাসে পুন্সিগী ওইনা
কাযন-খাযন মৈচাক মৈব্রাযরক্লবদা ॥"

ঈশৈ কয়া শকথি
থম্মোয়বু থেন্নদুনা, পুক্নীংবু ফারদুনা
ঈশৈনা থরায ওইথি
নওগী নুংশি মংলান্দা তাউথরদুনা ॥

ঈশৈ ময়েকনা ঈশৈগী সুরদা
তিনথিবা যেংনা যেংনা
অহিং কয়ানি হৌথিবা
পুর্নিমাগী থাবলদা, নুংশিগী ঈচেলদা ॥

লৈহনবীরম্নে তোর্বান রাংম-রাংমদা
তাররোই হায়জবা, উররোই কৌজবা;
চাউইদো মালেমসে পাকইদো ইপাকসে
লাম্বুরনি করম্নবু ইপাও কনা যাওদনা ॥"

নোংমা ইথা থাজদনা লাক্নবা
হায়নিংবা হায়হৌদে, হংনিংবা হংহৌদে;
তমথিদে নীংশিং নুংশি খুদোলসু
রারৌরনুকো রারৌগে থল্লবসু ॥

চিংলরোই পর্দা, হাংলরোই মীহৎথোং
কাংলরোই হৌথ্রবা পুন্সি লামায;
কৈদৌবা লাকইবা ইশাইকোন্নি কাউবররা
রাদবা ওমদে করি অশোযবা লৈবনো ??

অদুঙৈগুম লাকপদি ওইরমলোই
ঐতনা ফংজবা শমিন্নি
ঐতনা তাজবা খোঞ্জেলনি
লমলানবিনি নহাক লমলানবিনি ॥

থমজদ্দে নুংশি-মলোম নুংশিবদা
ওইজরোই নুংশি-ভিক্ষাগী ভিক্ষারিসু,
পুন্সিদা বিধিনা অসুম্না তম্বিবা
ম্নারৌবা থমদ্দে, নীংঙমদ্দবা লৈতে ॥

যেংঙমদ্দে হন্না উরুবা মিকুপ্তা
অসুম্না তৌবরা নুংশিবগী হৌনবি ?
তাম্না লাপনা চৎখ্রবা মতুংদা
যেংলুইনে অমুক্তি ইনশিল্লুবা তৌদ্দনা ॥

লৈরমদ্দরে অদুঙৈগী নৌরবি মাযথোং
থেৎথিদ্দরে শম্বুলথক্তি লৈনমপুবি শমজ্জিরৈ
উথিদ্দরে তনিকপি নাপ'ই নাইন
লৈরম্লি মহৌশা'ই চিনবান তনৌবিদ্দি ॥

মাযথোংসু নৌনা মকা লাম্লো
লৈনমচেনবী শমজ্জিরৈসু থেৎলো
নাইন্না নাপদ্দা তনিক্লা ঙাল্লরো
নীংহন্নরবা পুন্সিগী মিৎকুপসিদ্দা
অমুক্তদ্দি খোযদ্দানা যেংজহৌগে ॥

[redacted]

করি খল্লবু চৎলমগবা ?
নীংশিংলুই অদুঙৈগী থৌদোক
হরাউ-মীনোক্নি নুংঙাইরবা পুন্সি
ঙসিনা মচেৎ তারবা থম্মোই ॥

রাজৌথিবা লৈতে চৎনবি ইথিনবু
রাথিদে নঙগী পাঙদবি নতৌদা;
শকথিনি পুন্সিনা হিংলি'মথে
অদুঙৈগী সুর-মাংখ্রবা ঈশৈ ॥

করিগুম্বদসু থাবলনা লৈতেংবা অহিংদা
লৈকোন্দা শাথিবা রারি কয়ানা
অসুম্না অসুম অরেম্বদা চৎখ্রবদা
ওইহৌরে তাইওন্নরবা তাইবং ঐগী ॥

মিৎল্লা পিরাং লাইজনা কংদ্রিঙৈ
মৈশা লাংলবা থম্মোই পুদুনা
লেপচনিংবসু য়াওথি নুংশি থোঙজিন্দা
ভিক্ষারি ওইনা, হাপ্পিনবা নুংশি-ভিক্ষা ॥

মরক মরক্তা মিৎয়েং লান্না চৎথিবা
য়েংনিংনা য়েংহৌদে, য়েংদ শাশিন্নবা নত্তনা;
শাইনোন শউমদি মহৌশাগী মহৌশানি
অমুকসু হল্লকথি, অমুকসু য়েংহৌদে ॥

নওগী রাবদা ঐনা রাজথি
পিনিংবা মতেং করম্না পিরুরনি
নওগী নুংঙাইবদা ঐসু যাউজথি
উৎনিংবা মতৌ করম্না উৎলুরনি ।।

ফজরম্মি হাযরি মিৎস্না মাযথোংনা
তারি মিৎস্নাদা থৌদোক অমগী মমি
পুন্সিবু করিনো হংলিগুম
করিগী থমথিবনো মিৎচি - মীৎযেং ।।

নোংমা অমসু থাজদনা চৎথিবা
খরাই থোঙ্গাল মপা-লান্না
খলহৌইনে করিবু থোক্লিগবা
মহৌশাগুম যেংঙমদে, মহৌশাগুম হরাউদে ।।

যেংজথিবা মিৎযেং হোংদবমখৈ মিৎস্নানা
তুংগী শক্লোন নিংথিবী
করিবু খল্লমগদবা নহাক্লা
তুমিন উশিন্নদনা লৈহৌবা ঐবু ।।

যেংনা যেংনা অসুম তামথিবা
তাম্না তাম্না অসুম যেংলুবা
তাম্না চৎখ্রবি নওবু যেংনা
নীংশিংলুইনে হৌখ্রবা পুন্সিবু নৌহৌনা ।।

কান্নদরে খল্লনি অরেম্বদা তারনি
নুংশিবা কুম্মৈ মচু মচুগী
হাংলবা অতিযাগী মথাদা
অদুঙৈগী নঙ-ঐগী পুন্সিদা ॥

চৎলিবা পৃথিবি, ওল্লক্লিবা মালেম!
অহোংবা লৈতে ঐঙোন্দা
থাজগা কোরৌগা, পুর্নিমাগা থাশিগা
কান্নবা লৈতে ঐঙোন্দা ॥

শাইনোন শন্নাং চাইথিদ্রবি
ফনেক খোইথা শেৎথিদ্রবি
নাপ-লৈরাং থেৎথিদ্রবি
নঙবুদি হোংইনে ঐগী তাইবংনা ॥

হে আশা! পুথিবদায নঙনা মতম অমদা
মকালান্নবা থম্মোইগী নুংশিরবা লৈকোন্দা;
পুবিরি ঙসিনা আশা নঙনা ঐবু
নৌরেন যাওদ্রবা হিনাওদা ঈপাক তম্না ॥

পুন্সি নঙগা করি থোক্লে নুংশিবা
থাদোক্লে ঙমদে নুংশিবা নঙবু
পাল্লি থম্মোইদতা খল্লু নীঙলুরগা
ফাউই থম্মোইদতা লাক্লগা নঙনা ॥

কাযনখরে নুংশিবা কযা (মীগী) পুন্সিদা
লোযনখরে পুন্সি কযা নুংশিবদা
তনিক্লা শোঙ্জে নুংশিবা নঙবু
মঙম শান্দ্রবা ঐগী পুন্সিনা ॥

ফাজিন্দুনা থন্লিযে ঐগী পুন্সিসে
নুংশিবা নঙনা মশকসু উদবা
মচুসু লৈতবা, মঙালসু লাক্তবা
থম্মোইদতা ফাউবা নুংশিবা, হো নুংশিবা ॥

মুংথরো ইতিহাসকি ইরোন্নুংদা নুংশিবা
পুখরো থাপ্পা মতমগী নোংলৈনা হমদুনা;
লৈহৌরগে ঐদি নিঙাইদনা হিপতুনা
কাযরবা আশাগী লৈতেংদ্রবা ফমুংদা ॥

পেঞ্জদ্রবা পুক্রীং নুংনাংনরবা থম্মোই
পুদুনা চৎলি আশা নঙনা মাযকৈ খঙদনা
চিংথরি ঐবু তুম্বৌ-তুম্নাং মরক্তা
পুবিরি আশা নঙনা পুনিংবা মাযকৈদা ॥

উহনবিরৈ হৌজিকসু নঙবু তত্তনা
রাখলগী শংবান্নরবা ফিরাংজি ফম্লাক্তা
মপুং- ফারবা নাযিকা অমা ওইনা
নুংশিবা কৌবা নঙগী নাটক্কি ॥

নীংলিনে মাযথোংদো হোংদ্রিবোই হান্নগুম
থল্লিনে থম্মোইসু মহৌশাগী মহৌশাগুম;
নীংজ-মপোক লাংওন্না লাকপগা
থুংনসিকো নঙ-ঐগী নীংজবা পুন্সা ॥

মতমদো শাৎলুকো থম্মোইগী লৈকোন্দা
তখেল্লে লৈরাং লৈনম পুবিগুম;
চিনজগে পামজনা পাখঙ নাপদা
যৌবন পুন্সি লোইদ্রিফাওবা ॥

অদুগনে হে ইচেলও লেপতবি ! পুবিযুকো
ঐগী পুন্সি ঐগী আত্মা
অমত্তা ওইনা পুন্সি হিনাও অমদা
তাওথহল্লু অদুগা পুন্সি-ঈপাক্তা॥

হে মালংবও পোত্থাদবি ! হমবিযুকো
ইংলবা মলযা নুংশিৎ নামিবা
ঐগী পুন্সি, ঐগী আত্মা অনিমক্তা
তোংলিবা পুন্সি-হিনাউ'থক্তা ॥

হে নীংশিংবা ! চৎখ্রো অকাউ'লক্তা
হে থাজ! লোৎখ্রো লৈচিল্লক্তা;
শাৎলনু লৈরাং, ঙংলনু খোইমু
কাযহল্লনু হন্না কপকল্লবা থম্মোইসে॥

নীংশিংহল্লনু থম্মোইদা পানথিবা
মিৎপ্পা থন্বালগী মিৎচি তেন্না;
ফংহল্লনু শমজিরৈ লৈনম
ঐগী পুক্রীং হনা পুথিবা ॥

কল্লক্করোই থাজগী ইংলবা মাযথোং
যেংলবোই তনৌরিবি লৈরাং লৈকা;
অযুক্কি থানিলগুম থাশিরমদাই থাজগী
লেঞ্জরনি মহৈ যান্দ্রবা পুন্সিসে ॥

নীংলুইনে অদুগুৈ উজনিংবি মাযথোংনা উরক্রবদা
লোৎলিগুম পঙ্গৌ শঙ্গাই'নুং পঙ্গৌ কাদা
লৈখ্রগুম অপোকপি পলেমগী নিঙোল যুমদা
অরেম্বা ওইরেদো নীংজমনদি নপাউখোনবু তাদনা ॥

করিগুম্বদসু নীংশিংলকই নিঙাইদবী নঙবু
পুন্সিগী চিক্ল—কোন্নবা মীকুপ্তা
ইদোম তুমিন চিক্ল-লৈরিগুৈ
নীংঙম্মক্তে থম্মোইনা নীংশিং-নীংশিংলুরগা ॥

হৈনিংদে থল্লুরগা খোইশাউই তত্তনা
থওইদবি নতৌদা নিঙাইদবী নঙগী;
থঙইনে মরালদি নাইতোমজরবা ঐগীনি
লাঞ্জদ্রবি থম্মোইনি নঙগীনা মতম চুপ্লদা ॥

অসুম্না লাল্লমদ্রবা পঙলবি নঙোন্দা
ফংলমগনি ঐগী পুক্রীং ''শান্তি''
মুৎঙমদরে মৈচাক লাল্লুবনা নঙোন্দা
তোয়না তত্তনা মৈরাযরক্লিবা থম্মোইনুংদা।।

নঙগী খুদোল ''লিক্লোং পরেং''
মমল লেপতেনে ঐঙোন্দদি;
থমলি, লৈরি-ভাল্লরি লেংদনা
ঐগী নাক্তা পুন্সিগী ওইনা।।

নঙগী শেংলবা শক্তম ওল্লবি
নঙগী পামজ-নুংশি খুদোলসে
লাচ্চরি ঙসিসু ঐগী থম্মোইনুংদা
নঙমক্লি নীংনা পুন্সিগী।।

অদুগনে, নীংশিংবনা নোকহল্লি ঐবু
অমুকসু মানা কপহল্লি ঐবু;
চিরবা পুন্সিগী মীকুপ কযা
তাউথরি ঐগী পুন্সি অসুম্না।।

পুন্সিগী মংলান কয়া'মদা
কৌজবনি ঐনা তোয়না নহাক্তবু;
চৎলি করিগী তুমিন নদোম
হন্না যেংলমদনা মতমদুগী ঐবু।।

ৱাবৌথিবা লৈতে নঙোন্দা
নীংঙমদবা থমদে পুন্সিদা
বিধিনা অসুম্না তন্নম্বা
কাযনহন্দুনা নঙগা ঐগা ॥

তুংওইননা লাক্লিবা নঙগী পুন্সিনা
ঙাকপীগনি ঐবু মপোক'সিমগী
চংজনি ঐসু পুন্সিসিমগী উজনবা
''মোমোন্নবী মাযথোং'' ঐগী কল্পনাদা ॥

মিৎলুগী পিরাং কংদ্রিবিও!
মাল্লমগনি মতৌসিনা ঐগী
নুংশিদনা নুংশি শাশিন্নথিবা
নত্তে, নত্তেকো! মীঙমজদবা ঐনি ॥

চৎথিনু নুংশি - পিরাং পুদুনদি
লাইবক ফবা মাগী মরানযাইদা;
থনম্মু চিংখদনা পিরাংদুদি
তাহৌনবা নীংশিং মমি থম্মোযদা ॥

খংথিদ্রবসু নুংশিবা চৎনবি ইথিলনা
থনন্নবনি ইদুনা থম্মোইগী লৈমাযদা
''নুংশিরি'' হাযবা ৱাহৈ অসিমদি
চন্নদ্রবা নুংশিবনি খংনা খংনা ॥

অদুগনে, নুংশি লানফমদা মায়থিরবা নায়ক্কি
খায়ন-মৈশা, কায়ন-মৈরিলক্তা
অরাবা শরুক য়ারম্বি নহাক্তি
য়াইফবা ওইয়ুকো মতম থিবিক্তা ॥

অমুকসু খল্লুইনে,
কদোমদনো লম্বী, কদোমদনো পচ্চুং
লম্মুক্রুদবা কনানো পুন্সি ইপাক্তা
নীংঙমদ মৈশা ফংখিদবা কনানো
মীওইবা পুন্সি ফংঙমদ-মপোকসিদা ॥

লেপ্পবনি লুপচবা পুন্সিগী ইচেলদা
আশাগী পামেল চার পুদুনা;
থারুরনি শিদ-নাদ উপাল
থরায়না তাবা পচ্চুংদুদা ॥

হায়থিবদায়নে "লেম্মু নীংহন্নবা লৈতনা
পুন্সি লালবন ময়ায়দা
তাইবঙ লিচং কাওদনা
লোইবা খন্না নাইদনা" ॥

অহিংসে চিক্কে পিরাংদি লেপতে
করিগী অসুক নীংহন্নবনো ?
পুন্সি ঈচেল লেপ্পবরা ?
নীংলিসি করিনো, তৌদৌরিসি কদায়নো ??

উইশিল্লিবা মিৎসি তুন্নিবরা
ঐ তুন্নিবরা ?......... হো ঐ তুন্নিবরা ?
লাপ্পা লাপ্পা কৌবগুম, উনা উনা মাঙথিবগুম
ঐ তুন্নিবরা ? ......... হো ঐ তুন্নিবরা ?

তাউরন্ননি মঙলানচা অমদা
য়াইফবি কনাদি য়াইফবা কনাগা
পিরাংসি লেপ্লনু, অহিংসি লোইরনু
মখোয়গী মঙলানসু কায়রনু।

হে, নুংশিরবা ঐগী থরায়
হিংবা তাবনি তেংথাখোল মরক্তা
অরা-মৈশানা হুন্নিবা মরুভুমিদা
থাঙবা তাবনি মতমগী চৈনাখোল ॥

তাউথরোকো পুন্সি ইপাক ইচেলদা
মায়কৈ খঙনা, পল্লেপফম নাইনা
পুন্সি পোৎলুম কয়া পুদুনা
য়ৌননবা লেপ্লবা পুন্সিগী পন্থুং ॥

অমুকসু তিল্লরি খোঙচৎ অসিদা
মৈরি কয়া-মৈশা থাংগমদ্রবা
মৈশা কয়া মৈরিনা থল্লবা
চংজফম তিন্নদনা, য়ারেকফম মান্নদনা ॥

লাকথি নৌহৌননা নুংশিবা
নীংহন্নরবা ঐগী থম্মোয়দা;
নুংশিদকো  হে ফোংঙমদ্রবা থম্মোই!
কাংলরোই নৌনা নুংশি যান্নাদি ॥

নীংশিংলরি চন্নথিবা পাউখোঙ
তত্তনা লোম্থোক্তবি  মিৎস্নাগা;
মীৎচান্নথিবা নঙ-ঐগী মিৎযেং
উনথিবা মিৎকুপ খুদিং !!

মুশি-মুশি পাইবগুম তন্দন্নো
মিরবা সুরগুম অথাপ্পা-বাঁশিগী
পাযররি হৌখ্রবা স্মৃতি কযা
মশেন-মরাং পুক্রীং-অতিযাদা ॥

হে মতম ! নঙগী ঈচেল্লক্তা
পুবিথিদো পুন্সিসে ইপাক তম্না
তিল্লবে ঙসিদি ঐগী থম্মোইনুংদা
কাযনবা কৌবা মচু অমনা ॥

অমুকসু  মীকপ থোকহল্লে লুপ্লিবা ঐবু
শকখ্রবা ঈশৈগী সুর অমদা
তারবদা মিরবা খোঞ্জেল অমা
পুরক্তুনা মলযা নুংশিৎ নামিবনা ॥



তাখ্রবা ঈশৈগী সুরগা
তারিবা মিরবা খোঞ্জেলগা
তিল্লরে অমত্তা ওইনা
যৈবরে থম্মোইদা তাম্ভা ।।

হৌথিবা পুন্সিগী থৌদোক
তিনথিবা লেপতবা ঈচেলদা,
লুপথিবা পাক্লবা ঈপাক্তা
নীংশিংহল্লে মিরবা খোঞ্জেলনা ।।

হে নিংঙাইদনা হুল্লিবা মালংবা পোখাদবি
তাম্না পুখ্রো মিরবা খোঞ্জেলবু ;
তিলহল্লনু ঐবু নুংশি-ঈচেলদা
লুপহল্লনু ঐবু নুংশি-ঈপাক্তা ।।

অসিনিকো পুন্সি ! নৈতাদরবদা পুক্লীংনা
যেংনিংদে অমত্তা ফজবা-নিংথিবা;
মমশিল্লক্লবদা করিগুম্বদা রাখলনা
পোখাফম খঙদে পুন্সিসে ।।

শেমলিযে হন্না নীংশিংবা নঙনা
মাঙলক্লবদা পুন্সি লম্বী;
লমজিংলিযে অমুকসু নঙনা
চৎলু অসুম্না চৎলু হাযনা ।।

*হায়রবনিকো ওসিদি-''পাম্ন-পাম্ন পামথিদ্রবনি*
নুংশি-নুংশিনা নুংশিথিদ্রবনি;
মখোয়গী মীনোক কিজবনা
পাওদে খনগনু, লাম্নি নিংগনু'' ॥

অমুবা কালিগী অরংবা মযেক
''বিদায়'' কৌবা রাহৈ'সিনা
যেকথিবনি লাইবক থিবি নওগী থম্মোইদা
পুর্নিমাগী থাজ কয়ানা শাথি ওইদুনা ॥

চংজরুবনি অশেংবা থম্মোই পুদুনা
হল্লক্কবনি চন্দ্রবা নুংশিবা পুদুনা
হিংলিবনি লৈতাদনা পুক্নীংনা অসুম্না
চাক্ককবদা চৎনবি মৈরিনা হুমদুনা ॥

বসন্ত'ই খোঙলোইদা নুংশিবা তম্বিবা
নাকেম্বা'ই মতমদা নীংশিংবা পিবিবা
কাযনব'ই তাংকত্তা পিরাং শিপ্পুহনবিবা
ওইরেনে মসিনা পুন্সি খোঙচৎ ॥

পোত্থাজৈ অচিকপা লৈকোন্দা ইদোম
উহনবিরৈ তত্তনা মোমোন্নবি মাযথোংবু ;
শান্নজৈ কৌশিংগা যাঙ্গংলবি ঈচেলদা
নিংশিংহল্লে ঈচেলদুদা তিনখ্রবা থৌদোকপু ॥

চাক্ল-নীংঙমদনা মাযওনখ্রবিও !
নুংশি-নুংশিনা কাযনখ্রবিও !
যানশিন্নখ্রবনি নং-ঐগী থম্মোই
কায়নবা নুংশিবা অনিগী মরক্তা ॥

শকথিনে ঙাওরবা ঐগী রাখলনা
ঈশৈ কয়া থাবলগা ইরোয়ননা
বসন্তগী পুক্নীং হুরবা সুরদা
তাননবা থম্মোই লৈহৌরবি নঙোন্দা ॥

য়ৌরক্ললবদা নহাক্না ঐগী কল্পনাদা
উরিনে কেজবগুম তখেল্লে নাচোম্না
কোমগোন পুনবি অমুবা শম্বুলদা
ওইনজরিনে শম্জিরৈনা অমুবা শল্লাং'লক্তা ॥

মোমোন-নোক্লিনে তবারবি চিনবান্না
তাবিনে ফজবগী মমি মায়থোংদা ;
কৌরিনে তনৌ তনৌরবি খুৎশানা
হায়বিনে লৈবিয়ু ইনাক্তা পুন্সিগী ॥

পুথিনে পুক্নীংগী ইথিল অমনা
তাউথথি মায়াগী সংসার অমদা;
থাদোক্নুনা থরায়না হকচাংবু
নীংশিংবা কৌবা লৈতনা ॥

চৎলুইনে মণ্ডলৈবাক্কি তাইবংদা
অমুবা ফিজোল থোন্দুনা
অমম্বা লম্বীগী অয়োৎপা মৈখু'লক্তা
য়ৌনবা অমরাবতি লৈকোন ॥

য়ৌরকখিদ্দরে পুক্রীং হরবা খোঞ্জেল
চীংয়া'ই নাপোমদা শক্লিবা ঈশৈগী;
পাইরি লৈন-লৈন মণ্ডলানগুম
মফমথণ্ডদ' লৈগী দোলায় অপাইবি ॥

খোণ্ডলক্লি 'রি, রি, রি, অনকপা চীংয়াদ'ই
হারি চেক্লোনা পুক্রীং হবা সুরদা;
নীংশিংলুইনে ঐগী বাঁসিনা কৌথিবা নণবু
ফম্নদুনা নিংঙাইদনা পঞ্চৌ লৈকোন্দুদা ॥

অহিংদুদা - চিক্ল-মম্লবা অহিংদুদা
ঐগী বাঁশি খোঞ্জেল তারগা
থিরকথিবনি ঐবু হন্না হন্না
ইকায-ইকি থাদোক্তুনা ফিগোন্নবি ফিরেপতা ॥

তাথিনে লৈতেংবিদ্রবা মায়থোংদুদা নীংশিংব'ই মমি
পিরাং পিরোয়নরদুনা মিৎস্না থম্বালদা;
শৈথাজথিদো নহাক্লা হন্না
কায়ন-ঈশৈগী মিরবা সুরদো ॥

খোংলরোই বাঁশি নীংশিংহল্লরোই কনাবুসু
হৌদোক্লরোই তুমখুন তাল্লিবি নহাকপুসু;
রারৌহৌরনি কায়ন-মৈচাক ফংলবশিংনা
নুংশিববু মপোক-লাংওন খুদিংদা।।

হুথিনে নহাক্লা ঐগী থম্মোইসে
মিৎমা-থম্বালগী মীৎচি পুবি মিৎয়েংনা;
পুথিনে নহাক্লা ঐগী পুক্নীংসে
তনৌরবি মায়থোংগী শুক্ষৎনবি মীনোক্লা।।

লেনথিবা নুংশিবা কৌবা মতৌগা
পেনবা লৈত্রবা পুক্নীংগী পাউদমশিং
মোমোন-মীনোক্কি তাংলবা মীকুপশিং
নীংশিংলকইনে অমমতা ওইনা।।

থাদোক্লগেকো নহাকপু নীংশিংদুনা
মতমদুগী তরু-তহেনবি মায়থোং,
লোইশিন-খোমজিঞ্জরবি শম্লাং
নোকমি-নোকমিরবি চিনবানবু।।

থৈনথিনে উশিন্নদ মিৎয়েংদা নোংমা,
লম্বী কৈথেন নাকন্দা
মবুঙোগা লোয়ননা চৎথিবদা
পারি শেগা য়েপ্পা পমদুনা।।

উনরগুমসি অমুক হন্না পুন্সিদা
চৎনসি উনদনবা, উনজররোই ঐ,
নিংহন্নবা শোষ্ঠরবা থম্মোই ঐগী
নঙনবি নঙনা হায়ররোই ঐ ॥

অরানবা মিৎয়েংদা উরম্মি, নত্তে!
ইকায় খুম্নজবনি নঙবু অসুম্না;
রারৌনগুমসিকো থম্মোয়গী পাওদম্মি
লেপচরবা পুক্রীংগী য়ারাখোন্নি ॥

হায়ররোই করিসু করিগুম্বদা খৌরাংলক্লবদা
নুংশিনা নীংশিংজবা নত্তনা নঙবু;
ওইজদ্রবনি ঐদি "অদুঙৈগী ঐ"
কাউবিগনুকো শাশিন্নবা "ঐনি-ঐ" ॥

কৌনিংনা কৌওমদনা লৈহৌইদো
পুন্সিগী কায়নরবনি খলহৌইদো;
খোয়দাজবি নকাদা রারৌথিদো
নুমিত্তো কনাগী রাখলদা লুপ্পুদ্রে ঐ ॥

কপ্পিংনা কপওমদ লেনথিবরা
অহিংদো চান্নবা মাগী মশাইকোন্দা ?
করিনুংগী থেঙনরুবনো খনথিবরা
অদুঙৈগী নীংশিং মম্মি তামখ্রবা মহাকপু ॥

তাখ্রবসু নীংশিংবগী মম্মি
তাহল্লক্কনু নীংঙমদলগী মম্মিদ্দি;
ফাক্লরোই পুন্সি - লামায়দ্দি
হঙ্গৎনা অমুক নৌহৌননা ।।

অসুম্না খুন্নিবোই নীংলিনে নহাক্লা
''মবুঙো লৈরি কাউরববা ঐগীসু
করিগী লাক্লি (ইন্নরি) তুম্মিন তুম্মিন
করিগী য়েংলি মূনা মূনা
মবুঙোনা খঙথিনি লাক্লনু কৈদ্দৌগে ।।

নুংশিবা হেনমল্লি পাম্মুবা থনমল্লি
নীংশিংদ্রবরা নংগী ওইদ্রবা ঐনি
নীংশিংবা পামজদ্রবিনি, লাক্লনু কৈদ্দৌগে
মবুঙো লৈরি কাউরববা ঐগীসু ।।

শাইনোন শন্নাং শউম্না হাইরিঙৈ
নুজাগী নাপ-লৈরাংনা নিংতমজরিঙৈ
অদুঙৈগী লমহেনবিদ্দু, ঐ নত্তে
মবুঙো লৈরি কাউরববা ঐগীসু ।।

লাক্লনু কৈদ্দৌগে, যেংলনু মূনা মূনা
খঙজেনে তোল্লবি ননাইনা
ঐগী ইবুঙো ঐগী ঈশ্বরনি
ঐগী নুংশিবা ঐগী লেংদ্রবনি ।।''

করিগুম্বদা যালংবদা পাউজেল লাক্লবা
হায়গনি ঐ-"নুংঙাইনা হিংজরি";
তৌরক্লনু নতাৎ লৈকোন লৈরাংও!
হিংজরি ঐ নুংঙাইনা হিংজরি ॥

মহৌশা কৌবি নঙগী খুদোল
কায়রক্লনু লান্না লৌবিদুনা ঐবু ;
মচু মচুগী নোংমদোন লৈচিলও!
লক্লরক্লনু মিত্রংগী শক্তম উৎলদুনা ॥

নৌহৌননা নীংশিংহল্লে নাইতোম্লবা ঐবু
শাউথিবদো চিক্লবা অহিং অমদা
তুমিন্না করিসু হায়রমদনা চৎখিবা
লেনখিবা নুমিত্তো ইনুংশোরা ঙাল্লফাও ॥

মসিনিকো মৈচাক মসিনিকো পোৎলুম!
লৈরিবা নঙগী ঐগী মরক্তা
হন্দোক্লে য়াদে, খল্লুদবো ঙমদে
চৎনসি পুদুনা পম্বুং য়ৌনবা ॥

মমি শাল্লেনে থম্মোইদা লাৎচবি
লৈরাং লৈশক-লৈওং ফজবি;
লৈনম চেনবি তনৌ তনৌবি
লৈরাংগুল্লে লৈমন চল্লবি ॥

লৈকোন লমদম্মা পুক্লীংবু নৌহনথিবা
মোংফম্নি খল্লসিকো শৈদম্বশিংগী;
লোয়রোয়নবা নাপোম্মা পুক্লীংবু পেলহনথিবা
শক্নোনি লৌরসিকো ভৈরিবিগী ॥

হে নীংশিংবা! চৎখোকো নওদি'নাক্তগী
পুবিনুকো ঐবু নওগী ইহমদা;
লেপতনা শিন্থরক্লিবা মিৎলু পিরাংনা
হাপচররোই ইনোৎ নওগী ঈচেলদা ॥

চুরিবা নোংলিক চাম-চামনা
মলয়া নুংশিৎ মরোন মরোন্না
পোখাফম পিবিদ্রে থম্মোইসু পুক্লীংসু
হো নীংশিংবা ! নওতা চৎখোবা!!

লৈবিয়ু লেংদনা অকাওবা নওনা
ইনাক্তা মপোক- লাংওন'সিমদি
শেনবিয়ুকো ঙাকপিয়ুকো ঐবু
নীংশিংবা কৌবা মাগী ইহমদগী ॥

হে পুনিমাগী থাবল! ঙাল্লুকো
খিকথরকপগুম লুপা অহিংবা মচু
অহিং চুপ্পা পাখঙ পুক্লীং হনা
লক্লুগে খনগনু তোল্লবা ঐবুদি ॥

অরাংবা পামেল লৈরাংও' লৈনুংশি!
খোয়দানা শাংলিবিও! মবুঙোগী লৈকোন্দা
শাংলুকো লৈনম লৈশাং য়েংনা
লৈনম্না হেনথিনি লৈশাংনা রাংথৌনি ॥

পোখাঙ্কথিনে নঙগী রাখল মরুমদা
অহিং অমদি পুথ্রি মপাল সিরিথক্তা;
শাংথিনে অহিংগী লৈরাংনা ফুগায়না
ঙাইথিবনি তারমদাই থাজনা থোক্লকপা ॥

পুক্রীং হরবা থাবলগী ইহমলক্তা
পোখ্রাকম থঙদ্রবা পুক্রীংনা পুদুনা
কোইরুইদো নীংতম্না নুংশিব'ই সাগরদা
রাখলগী হিনাউ-নৌরেন লোয়ননা ॥

উরকইদো চংমিন্নবা খুংশম্না
পাম্মুবগা-পাম্মুবিগা, চান্নবগা-চান্নবিগা,
য়ৌনথিদো নুংশি পঙ্থুং তান্নবা
মোমোন মীনোকথিদো হরাউ-হরাউ ॥

অসুম্না থোকউ বিধিনা তমথিবনা
হৌমিন্নথি উরি-উপাল খুংশম্না
লৈকোন অমত্তদা লৈপু অমত্তগী
মোমোন্নথি অমনা অমবু উরগা ॥

নীংঙমদ্দবা লৈতে, মপোক্না তমখিবনি
তায়নজবনি কায়নবগী অৱাবা নঙোন্দা;
ৱারৌনুকো ওইনজখিবা মরক-মরক্তা
খিজরুবনি পুক্নীংগী পোখাফম ॥

য়েৎলেদ্দো নকাদ্দা অসুম্না তত্তনা
নত্তেকো য়েৎকে নীংনা য়েৎখিবা;
ইনশিল্লকপনি ৱাখলনা মদোম
য়ারুবনি পেন্নাইদ্রবা পুক্নীংনা ॥

য়েৎলরোই অমুকহন্না করিগুম্বদসু
মায়থোঙদো পিরাং পিরোয়নরবি নঙগী
শিন্থুগে খনগনু পিরাং-শিন্থরক্কনুকো!!
লাঞ্জদ্রবি নঙগী মিৎন্না থম্বালদা ॥

নীংশিংলুরনু হৌখ্রবা থৌদোক নঙ-ঐগী
খন্নুরনু পিরাংতনা লৈতেংখ্রবা নঙগী পুন্সি;
নিজসি মোমোন মীনোক্কি পুন্সি অমা
নীংজসি পেন্থোক - হৈরবা পুক্নিং অমা ॥

হে লিরি হৣবা মালংবাও! তান্থা কায়দবি
শাজ্ঞৌ নঙগী জগোয় তান্থা নায়না;
পুরক্কনু নপাউ, তন্নক্কনু মৱারি,
তাজররোই লাপথোকচরবনি মপোকসিমগী ॥

*হে পুর্নিমাগী থাবলও ! নাচুংদবি*
ঙাল্লখিনি নঙদি তত্তনা নোংমদোন'থক্তা
কাযরবা ঐগী থম্মোইবু লক্লরদুনা
নুংশিনা চিক্লবা অহিং কয়া ।।

হে থাশিগী অহিংও! নিঙাইদবী
নীংশিংহল্লনু নঙনা তত্তনা অসুম্না;
নৌহৌননা পিরাং পিরোযনহন্দুনা
লৈকোন লৈরাং লৈনম চেনবিদো ।।

হে মরুভূমি !!
নঙগা করি খেন্নরি ঐগা ??
নঙনা শাংলবা শারবা অহিংনি
ঐনা পম্বুং লৈত্রবা খোঙচৎনি ।।

রাবনা থম থেংলবা যাত্রিক কয়াগী
ইথৌ লাংবা মৈচাক কোকহল্লিবা
পোখাফমসু পিবিরিবা হো মরুধান
মরুভূমি নঙগী খুদোলনি ।।

হাংলবা থম্মোইদা লৈরমই
মতম অমদা বসন্তগী অযুক্তা
মেংলবা নুংশিবা সুর কয়া
পোখাফমসু পিবিথি মৈচাক্লবা থম্মোইদা ।।

কবিগুম্বা নীংশিংদবা ঙম্লবা
নিজগনি নিজমন ফংদ্রবসু
মপোক মপোক খুদিংদা
উহনবিবনু হন্না কাযনখ্রবা নুংশিবা ।।

হে নীংশিংবা! লাক্লনু অমুক হন্না
শিন্থহল্লি কবিগী নঙনা লাক্লগা
মীৎলু পিবাং মিৎস্না-থম্বালদা
নুংওলহল্লি কবিগী তত্তনা পুক্রীংবু ।।

ওৎপিরি করিগী তত্তনা নঙনা ঐবু
লাক্লরোই উরবোই নুংশিবা মাদি
কাযনববনি কায়নরবা পুন্সি'সিমগী
থাদোক্লবনি থাদোক্লবা মপোক'সিমগী।

নীংশিংবা নঙনা পামজবা নুংশিবদি
লৈবিনে লেংদনা থম্মোয় তাবু'নুঙদা;
পামজনা থব্রায় হাপ্লবা নুংশিবদি
ওইখ্রবনি ওইখ্রবা লাইবক ফবা মাগী ।।

নীংশিংবা ! অঙকপনি নহাকশে
নুংশিবগী লনগৈনি, অব্রাবগী পুকৈনি!
পুন্সিগী লেংদ্রবা পুন্সি-লম্নি
নোংমদি পাম্মুনা নুংশিনা থাদোক্লমনি ।।

অমুকসু নোকহল্লি, অমুকসু কপহল্লি
পিরাংসু পিরোযনরি, মীনোকসু মোমোন্নরি;
মিপকসু থোকহল্লি, অমুকসু তুমথহল্লি
অরাবদা অরাবনি, নুংঙাইবদা নুংঙাইবনি ॥

নীংশিংবা লৈত্রবা পুন্সিদি
পম্নুংফম লৈত্রবা খোঙচৎনি
থরায যাউদ্রবা হকচাংনি
পেম্লোকপা হৈত্রবা পুক্নীংনি ॥

হে রাখল ! নঙগী শক্তি হল্লোনে
ওৎলনুনে নহাক্না ঐবু অসুম্না
চৎলগে অঙাওবা লমদম ক'ইনো ?
ঙাওরবনি ঐদি ঙাওরবা ॥

চৎলোনে পুন্সি চৎনিংবা মফমদা
পুরোনে থরাযসে পুনিংবা মাযকৈদা;
পিরোনে বিদায পম্নুং ওইনা
নীংশিংলরোই ঐ অমত্তা নীংশিংলরোই ॥

"নুংঙাইবা ওইয়ু, যাইফবা ওইয়ু"
শোনথিবা তত্তনা কনাগীদমক্তনো ?
লৈররোই খঙবিনবা, লাক্লরোই তাবিনবা
পানথিদ্রনে করিগুম্বদা নঙগী থম্মোইদদি ??

চৎখ্রবসু নাক্তগী, চাক্লিনে মৈচাক্তি
লাপথোকখ্রবসু নহাক্রা পুন্সিগী ওইনা
ঙন্নবোই মুখৎপদি নীংশিং নুংশি মম্রি
য়েক্তুনা লৈরিবা থম্মোইগী লৈমায়দা ।।

বিদায় হায়রবরা তশেংনা মপোক'সিমগী
লাক্লরোইদ্রনে অমুকহন্না ঐগী কল্পনাদা ?
ঙাইরক্লিবনি উজনিংদুনা চেংলৌ শক্তমবু
কোরৌ শিংবুম মশিং থিঙমদনা ।।

পুখ্রবদা মরুম্ফুক্রা য়েৎচরম্বি উরিবু
ফংলবোই পোখাফম নাইতোম্নবা উপালগী;
নিংথায়খ্রবদা আশাগী মন্দিরনা থাজদনা
মাংখ্রনি কল্পনা'লক্তগী প্রেমগী মুর্তিসু ।।

লুপথিদ্দেদনা শুক্ষৎহৈবা কনাগী মায়াদা
ঙাওথিদ্দেদনা কনাগুম্বা মীনম্বা থম্মোইদা;
থমথিদ্দেকো অরোনবা, লোৎথিদ্দেকো অশেংবা
কপহল্লিনো অসুম্মা করিগী তত্তনা ।।

হাপ্লগনু মৈচাক মৈল্লায়রক্লিবা থম্মোয়দা
লাক্লগনু মীনুংশি খঙদবি নাকেন্থা;
ওইহল্লগনু মৈরি মৈশা নঙগী ৱাহৈশিংনা
য়ৌবক্লোনে য়েন্নিংথা ঐগী পুন্সিদা ।।

তাউথনখি অসুম সুর-মিলন যৌনবা
মিরবা খোঞ্জেলগী শৈহেক্লবা সুরদা;
কোক্লরোইনে শংখ্রবা মচুদি থম্মোইদা
চামথোক্লবসু তত্তনা লাঞ্জদ্রবি পিরাংনা ॥

তারমদ্রবা থাজগী মঙালনা মালেমদা
লৈরপ্লোই নুংশিবা মতৌ থাজগী
ঙাল্লমদ্রবা নিংথিজরবা থাজনা মালেমদা
লৈরপ্লোই নুংশিবা মতৌ থাবলগী ॥

হিংজখিবা নিংজবা মপান তাংনা
যৌবনগী পাম্মুরবা তাংকক অমদা
ওইররে ঙসিদি অরোইবা লাইশোন
কাউথিনবা নঙবু মপোক'সিমগী ॥

ওইররে ঙসিদি পুন্সিগী পাউখোং
তুংওইননা লাক্লিবা ঐগী পুন্সিদা;
থেংনথিবা নহাক্লা যৌবন খোঙচৎকি
নুংশিনা পাম্মুরবা মীকুপ কযাদা ॥

হে মতম ! পুরকউকো নুংশিবা, ফজবা, অচুম্বা
লেপতনা চৎলিবা নঙগী খোঙচৎনা;
মীনোক - মীরা - মীশা মরক্তা
পল্লেপফম খঙনা যৌঙমদ্রবা পুন্সিগী ॥

তাবিগনি কনানা কনাগী ৱাকৎ ?
পিগনি কনানা কনাগী দাবি ?
কান্নবসু লৈররোই ৱারুবগী
ৱাকৎফম লৈত্রবা কয়াগীদ্দি ॥

তেঙথারমগনি মখোয়গী অপাইবা থৱায়না
শিন্থবমগনি পিরাং মায়থোঙ চোন্না;
মহৌশাগী নিতি-নিয়মবু ঙাক্তবা
মাগী মাগীদা থনবা মখোয়দা ॥

অমংবা নোং লৈচিন ওনখ্রে
তারকখিদরে নোংলিক অমত্তসু মালেমদা
মৈরিগুম শারে মলয়া নুংশিৎ
হুগুম্না থারে লাইজ-ঈশিং ॥

কদোমদনো খোঙথাং ? কদোমদনো পন্থুং
থোকঙমদ্দরে ঐ পুক্রীং লৌশিং;
নুংশিবদা ঙাউজরম্বা, নুংশিবদা লুপচরম্বা
ঐগী পুন্সি কায়দোংফম খঙদ্দরে ॥

আশাগী ময়োন কংশিল্লক্লে
কায়নবগী লম্বী উরক্লে;
পামজবা পন্থুং থৎলরে
পাক্লবা ঈপাক অমনা ॥

করম্না লানগনি ঈপাকসে
করম্না য়ৌগনি পন্থুংসে
য়েংনা য়েংনা তামহৌরে
নীংজনা পামজবা পন্থুং ॥

লাক্লেনে, য়ৌরক্লেনে পুন্সিগী নাকেন্থা !
য়ৌরক্লবদা অসুম্না ইথা থাজদনা
ওইনদ্রে মাইথোঙসু মহৌশাগুম, বসন্তগুম
ইহাং হাংনরে থম্মোই অমসু অমসু ॥

লাইজ ইপান লাংলে মিৎস্নাদা
পাঙজদ-মিঙমদ্রবা নায়ক অমগী;
কায়নরে পুন্সি বসন্ত উনা উনা
য়ৌরক্লবদা অসুম্না পুন্সিগী নাকেন্থানা ॥

কোরৌ মশেক-মঙালদা খোয়দাজবি নুমিৎলৈ
লাইজ'ই ইপোমদা লিরিনবি থরো-থম্বাল
মালং-ইহুমদা ভাওজবি লৈহাও-লৈরেন
শাৎখিদরে লাক্লবদা পুন্সিগী নাকেন্থানা ॥

নুংশিবা খঙলুবা বসন্ত'ই খোঙলোয়দা
কায়নবা পিরবদা নাকেন্থা'ই পোলোয়দা
খঙহৌদে খুইথখিবা লৈরাং লৈনা
ফুগায়না শাৎচবি তনৌবি লৈরাংশিংগী ॥

নুংশিবা মতৌ, ফজবা মশক নসঙ্গী
মকালাম্না ইংলবা পুক্রীং যৌবনগী
নুংশি-নুংওন শাবি-শানৌগী
ঙম্না মাংখ্রেনে পুন্সিগী নাকেন্থাদা ॥

নীংশিংনদ্রে নুংশিব'ই নুংশিমল
উদুনতা লৈবে কাযনব'ই কাযন-মৈচাক
মৈরাযবক্তে খাযনব'ই খাযন-মৈশা
যৌবকথিবদা অসুম্না পুন্সিগী নাকেন্থানা ॥

নীংশিংহল্লেনে অমুকসু পুন্সিগী নাকেন্থা'সিদা
''থম্মোইগী নিংখাযরবা নুংশি মুর্ত্তি
যৌবনগী লোইথিদ্রবা নুংশি-রারি
পন্থুং যৌনথিদ্রবা নুংশি-খোঙচৎ
লেপ্না কংখ্রবা নুংশিগী নুংশি- চাব ॥''

খোঙদামিন্নবক্তে পুন্সিগী নাকেন্থাসিগা লোযননা
খাযন-মৈচাক, নুংশি লাইমন
পুক্রীংগী নুংশি-মলোম, থম্মোইগী রাকৎ
মঙম শান্দ্রবা থাজ'ই মশেক মঙাল ॥

উবক্তে অমুকসু পেনঙমদ্রবা পুক্রীং
লংলা লংজিন ফংঙমদ্রবা রাখল
মোমোন মীনোক ঙমদ্রবা মায়থোং
মচেৎ তানা কাযববা থম্মোই ॥

নাইতোমঙ্গাবতে পুম্নিনা কনাসা শমুদনা
লৈখিবনি মমল নাইদ্রবা শকুম কয়া;
চযেৎনরকতে পুন্নিনা অসুম্না য়েৎশিন্ননা
কুপ্লবে থম্মোই অতিযাসে মীনম্ব'ই লৈচিন্না ।।

নিংহন্না হৌখিবা যৌবন পুন্সিগী
নীংশিংদুনা বসন্তগী পাম্মুরবা মীকুপশিং
মাই-ওন্নবনি নরক্তি মোৎলবা লম্বীদা
যোম্লিং চন্নবা নুংশি বন্দিশুম ।।

শিদ-উপালনি নওদি লৈকংলাদা হৌবি
ওন্নুদ্রে হেক্লুবা কিজবনা তিংখংসে;
শিদ-থম্বালও ! লৈনা চাযনিপান পানবি
মুৎহনবিরো থম্মোইগী মুৎওমদ্রবা মৈরিসে ।।

থুংলম্মি মোমোন মীনোক নওগীসু
লৈরিবনি অপাম-থম্মোই ঐগীসু
শাৎহন্নিংলুবনি শিদ-থম্বাল লূরবা লাইজ'থক্তা
খল্লুবনি পেঞ্জুগনি তিন্নজরগা 'লাইজ + থম্বাল'।

শক্লনি কায়ন-ঈশৈশে অসুম অসুম
তাদুনা লৈয়ুকো তাহন্নিংবা নওদি;
তন্বিনুকো ইপাউখোনসে শক্লিবা ঈশৈগী
করিগুম্বদা খঙজদ্রবা মবুঙো মঙোন্দা ।।

ওইনজথিবনি খণ্ডন-খণ্ডন নঙোন্দা
তাযোন্নববা ৱাখলনি, মংলানগী আশানি;
কাযহৌবিথিকো নহাকসু অদুঙৈ মরক-মরক্তা
শোন্থবক্লবা ঐগী থম্মোইদা কবিগুম্বদা ॥

শিন্থরসনু পিবাংসে লেপ্পা লৈতনা
পাম্মুরবা থৱাই নঙনা লৈরিমখৈদ্রি;
হিংঙুকো লাঞ্জদবি ইকাযথিবি নঙদি
নুংঙাইনা মবুঙো মাগী মশাযকোন্দা ॥

লানথিদবনি হাযররোই কৈদৌনুংদা
লানথিবনি - হন্না হন্না লানথিবনি;
ঙাকপিযুসু হাযররোই, ঙাকপিফমসু থোক্তেনে
নুংশিবা! নঙসু তাথিদেনে থম্মোযদা মতম চানা।

অহিং কযানা পিরাং পিরোযনহল্লি
থাবল কযানা পুক্লীংবু নৌহল্লি
সিবু নুংশিবরা ? অপাম নুংশিৱা
থম্মোইনা থম্মোইদা লৌনম তৌরিৱা ॥

উইশিনখ্রবা মিৎস্নানা তুমথিবৱা
অহিং কযা থাবলদসু থাশিদসু
নিংশিং ঈচেলসিদ্দা তিনথিবা নত্তৱা
থৌদোক কযানা ৱাথোক কযানা ??

নিংশিংদবা ঙমদবা থম্মোই
পাপ চেল্লবা নত্তরা ?
করিগী নীংশিংলুরি হৌখ্রবা
খোঁদোক কয়া নঙগী ঐগী মতমদুগী ।।

অচিকপদা হেন্না হেন্না ব্রাহল্লিবা
অরোয়বা কৌবা লৈতনা নীংশিংহল্লিবা
সিবু পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীবা
তেংথাথিনি তেংথাবোল কযানা লৈতেংদুনা ।।

মমশিল্লক্কে ঐগী পুন্সি, ঐগী ব্রাখল!
মাঙদা করি লৈরি
তুংদা করি তৌরি
ঙম্লক্তরে উবা খঙবা!!

ব্রাখলগী তুরি পায়দুনা
থম্মোইদা য়েক্লিবা নুংশি মুর্তি
শান্নেনে মমি, থোক্ত্রেনে মশক মচু
খনখরেনে অমুবা ফিরাংজিনা ।।

পায়ররোই তুরি, চিংলরোই ময়ি
মুৎলো মাংখরো শত্তম তাবুনুংদগী;
লেপ্পা লৈরনু শিন্থরিবা পিরাং
হিংলিবমখৈ পুন্সি নঙনা হিংলিবমখৈ ।।

থদৎলবনি পাপচেল্লবা ইখুৎসিনা কুন্দো পরেং!
ৱাখল নঙনা শেমথিবা পামজনা;
লেংগে থল্লরোই অমুক হন্না
তৎলবা অঙৌবা কুন্দো পরেংসে॥

কায়নরসিকো ৱারৌ-পূকলৌ থম্নদনা
কনথিদো চৎনবি সমাজগী ইথিন্না;
হেনথিদো বিধি-বিধাতাগী পোৎলুম্না
লৈত্রেনে মীচঙ নুংশিবা নঙগী॥

থম্নরোই নীংঙমদবা নীংশিংবা নত্তনা,
খাঙজনি থম্মোইনা কায়নব'ই অৱাবা;
ময়েং তাবা লৈররোই নুংশিব'ই পূকৈদি
উন্নথিদ্রবসু নঙ-ঐ মপোকসিমগী ওইনা॥

শাৎলোকো লৈরাং ননিঙ তম্না
হাইনা হুম্না য়েত্তা ওইদা;
য়েৎলরোই অমুকহন্না পুন্সিগী
কাযহনগনুকো মালংবগী তাম্থাদি॥

যেংজথিবনি লৈরাং লৈস্না নংবু
থন্না থন্না ''করিদা শোয়থিগদগে''
শাখপ তোয়না পাযবা ঙমজদ্রবা
বসন্তগী চোকথরবা কোকিল অমনা॥

করিগুম্বদা ময়েং তারমদ্রবা নীংশিংব'ই পুকৈনা
কাউগে খল্লবসু কাউবদি ওন্নরোই নওবু;
ওমখৈ লৈরমদ্রবা নুংশিবা কৌবা মাগী
লান্দবনি লান্দবা নুংশিরুবা ঐনা নওবু ॥

অওকপনি ! কমদৌনা থেওনরুবা নওবু
নোংদম্বগী য়াথওনি  কায়নবা নওগা-ঐগা ;
লাইবক্তা তন্নলবনি নীংওমদবা থম্মগুমসি
লান্না লৌজরোই, লান্না লৌনুকো ॥

যৌবন পুন্সি পুনমিন্নখিনে
বসন্ত মতম মান্নখিনে
পাখও লৈশা লৈকায় লোন্নখিনে
অমগা অমগা ইখও খওনখিনে ॥

লেংগা লেংগা পুল্লপ পুল্লপ
হৌন-হৌন মরি-মরি
চৎমিন্নে নোকমিনৈ, ফাগী তৌনৈ
ইখও খওনৈ অমগা অমগা ॥

নীংজবা য়াউনৈ  হায়দোকপদি ওমজদে
পামজবা য়াউনৈ ফোংদোকপদি ওমজদে
অমদি অমদা তাখিনে মম্মি
অমসু  অমদা  তাখিনে মম্মি ॥

লেপথিনে থম্মোইনা পুনথিনে পুক্রীংনা
ফোংদোকপদি ওম্মুথিদে করিনো খওদে
নুংশিবা অসুম্না তৌবোইরে
পামজবা অসুম্না ওাওবোইরে ॥

তুমিন্না য়েংথিনে হুরানবা অমগুম
নাশোন পিক্লা মাওদবু চৎচথি
মিৎচিনা য়েংজৈনে লান্নুরবা অমগুম
হায়রোইদবনা হায়থি, হায়নিংবনা হাযহৌদে ॥

নুজা শন্নাংনা নিংজুদা য়ৈজবা
নাপগী নাইন্না লিরিক্লা হায়জবা
নুজা মায়থোংনা লুরুপ লুরুপ
যেংবগী পেনবা নাইথিদে ॥

নামিবা নুংশিৎনা লেপতক লেপতক
নুজা মায়থোংবু শৈদাথিবা
লাইজ-ঈচেলনা লেপতক লেপতক
নুজা পুক্রীংবু থেমথিবা
য়েংবগী পেনবা নাইথিদে ॥

মতমগী যাওলদা, বসন্তগী ঈচেলদা
অসুম তাউথনথি অমসু অমসু,
ফোংদোকনরকথি অমনা অমদা
নুংশিনরকথি অমসু অমসু ॥

পুন্সি-বসন্ত পোলোয়দা
পুন্সি নাকেন্থানা হৌরকপগা
কায়ন-মৈশা লাংনরকখি
পলেম-পম্বৌ মীচৈ য়ৌনরকখি ।।

থম্মোইনা থম্মোইবু থেম্নখিদ্দরে
পুক্রীংনা পুক্রীংবু পুন্নখিদ্দরে
মায় থোংগা মায়থোংগা মোম্মোন্নখিদ্দরে
মিৎস্নাগা মিৎস্নাগা মীৎচান্নখিদ্দরে ।।

চেংলৌ শক্তম উথিদ্দবা থোক্লবসু
কোলোয় মীংলেন হোংখিবা ওইরবসু
য়াবা থোঞ্জেল তাথিদ্দবা তারবসু
লৈহৌরনি আত্মাদি লেংদনা থম্মোইদা ।।

শেংলবা মচুনা কুপ্পগুম থম্মোইদা
কৌরিনে ঐগী তাইবংনা নওবু "মঙাল-লৈবি"
য়ৌরক্লি মঙালসে মচেৎ অমত্তা ওইরবসু
তোয়না তোয়না ঐগী থম্মোই তাবুনুংদা ।।

হৈনা হোল্লু হিহোনবি য়াংনা য়াংনা
নৌরেন খুৎফম চুম্না, হিরম কায়দনা;
উৎলম্মু নশক নতৌ অথোয়বি নওগী
চৎলুকো য়ৌনবা পম্বুং মতম্না লৈরিঙৈ ।।

পুন্সি ইচেলসিদা ৱারেহৈ ঐদি
মাযকৈ খঙদরে, নৌরেন থাদ্দরে
হো কদোমদনো পন্থুংফম
কদোমদা হোল্লুগে হিসিবু, হো হিসিবু ।।

অমম্বা অতিয়ানি, লম্মুক্রবা যাত্রিকনি
ঈথক ঈপোম ঈয়াযসিদা
পল্লেপফম থঙদ্রবা হিহোনবনি
কদোমদা হোল্লুগে হিসিবু, হো হিসিবু ।।

পুন্সিগী অশোযবা খোঙথাং কয়ানা
লম্বী লান্না হোনখ্রবা হিসিগা
মায়কৈ থঙদ্দরে, নৌরেন থাদ্দরে
কদোমদা হোল্লুগে হিসিবু, হো হিসিবু ।।

লুপতে হায়বতা মঙাইরবা
হো হিহোনবা, ঐনি হিহোনবা
লুপ্পা য়াদ্দে হিহোনবা
নৌরেন পায়য়ু, হিমায থিয়ু হিহোনবা ।।

**তেংথাবা ঙমদনা ইবা লোম্নখিবা**
*তাং ৪/৬/৯১ ইং, অহিং লোংয়াই*
*জেঃ এসঃ কোন্সম*

# অইবগী ব্রারোয়শিন

লাইরিক অসি করম্না ইথিবনো হায়বসি লাইরিক পাবিরবা পাবিরবীশিংনা শোয়দনা হংবিরক্কনি হায়বসি ঐগী থাজবনি । লাইরিক অসি ফোংডদ্রিংঙৈ, নমদ্রিংঙৈ ঐগা নকশিন্না তিন্নজবা মরূপ মপাঙশিংদা মেন্যুস্ক্রিপ ওইনা পাহল্লুবদা ব্রাহং অসিমক ঐঙোন্দা হংখ্রবনি । তশেংবদি অসিগুম্বা লাইরিক অমা ইগে হায়না খনথিবা লৈতে । শোক ১৯৭৫ অদুব্রায়দগী ঈশৈ ময়েক খর খর ইবা হৌজরকই । মওং ইতা তাদে। শোক ১৯৮০ গী মতুংদদি মওং খর খর তাবা ঈশৈ ময়েকশিং ইথোকপা হৌরক্লে । কনাদসু ফোংডদোক্তে, আকাশ বানি ইম্ফাল দসু এপ্রুভকীদমক পিশিনবসু তৌথিদে - সব-স্টেন্দার ওইরমগনি খঞ্জদুনা। অসুম্না ঈশৈ ময়েকসি চানি চাহমলোম ইশিন্দুনা লৈরে। ফজে খঞ্জবসু য়াওই, ফজদে ইশানা য়াজবসু কোঙ্গায়নি। শোক ১৯৮৮ গী অদুব্রায়দদি ঐঙোন্দা ব্রাখল অমা লাকথিবসি- ঈশৈ ময়েকশিং অসি খন্দোক খন্ত্রিন, ইন্থোক-ইনশিন তৌরগা লাইরিক অমা শেম্বা য়াগনি হায়বসি চপ য়ুংনা লেপথি। ঈশৈ ময়েক হায়বসি কল্পনানা শেম্বনা অয়াম্বনি। অদুনা লাইরিক অসি 'বসন্ত'ই কল্পনা' হায়না থোল্লগা ঈশৈ ময়েকশিং অদুদগী শেমজিনবা শাজিনবা হৌরকথি। কুপ্না খন্থরবা মতুংদা ঈশৈ ময়েকশিং অসি তেংথাবনা অয়াম্বা ওইবা মরম্না লাইরিক অসিগী মমিং 'তেংথারোল' থোনথিবনি।

লাইরিক অসি কনাগুম্বা মীশক অমদা পাল্লগা ইজথিবা নত্তে। কল্পনানা মশক ওইবা নিঙোল ওইবি কয়াদা মাঙদা নত্রগসু থাপ্না, লাপ্না লৈহল্লগা ইজথিবা ঈশৈশিংদগী খনগৎচবনি। নীংজথিবা, নুংশিজথিবদি মীপুম খুদিংমক্কি লৈফম থোকই। মদুনা তোপ তোপ্পনি - লাইরিক অসিগা মরি লৈনদে।

লাইরিক অসি খোমজিনবা নত্রগা ইবা লোয়খিবসি শোক ১৯৯১দনি; অদুবু ইশাগী পার্সোনেল প্রোব্লেম কয়া লৈখিবদগী ফোঙদোক্কে হায়না খল্লুদনা মতম শাংনা তাদুনা লৈরক্কবনি। লাইরিক অসি ইমাখোল পব্লিকেসন্স, অৱাং পোৎশংবম খুনৌদা শিন্নজরগা শোক ২০০৬ গী জুলাই তাং ২ দা ফোঙজবনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবিখিবা খুরাই লম্লোং কৈথেলদা লৈবা লৈমহল প্রেস কী প্রোপ্রাইটর ঐগী ইনাও ইবুঙো থৌদাম কান্তা সিংহ লোয়ননা কম্পুটর পেজ মেকর তৌবিখিবা অরাম্বম দোলেন অমসুং য়েন্দ্রেম্বম হেরোজিৎ অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন্দা লৈবীরিবশিং পুম্নমকপু পুন্সিগী শিংবা ওন্নরোইদবা লমন তোনশিঙ্গ্রবনি।

অমুকসু ইমাখোল পব্লিকেসন্সগী জেনেরেল সেক্রেটরি শ্রী কেশো সিংহ ইরেংবা, প্রসিদেন্ট শ্রী আর: কে: গুনচন্দ্র সিংহ অমসুং লাইফ মেম্বর শ্রীমতি হিজম নিঙোল ঙাঙোম ওংবী শান্তিবালা দেবী - মখোয়শিং অসিনা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, লমজিং কয়া, সজেসন কয়া পিবিখিবগীদমক পুন্সিগী ওইনা চাউরবা লমনশিংসু তোনশিঙ্গ্রে ॥

ইরোয় লোয়বদা লাইরিক অসিদা মরম কয়াদা লানখিবা-বানানদা খঙদে,রাইহে রাতাদা খঙদে লানখিবশিং থেংনৱিরবদি অইবা মশামক্তা নত্রগা ইমাখোল পব্লিকেসন্স, অৱাং পোৎশংবম খুনৌদা ইরগা ওইনা নত্রগা পাউ ওইনা পিবিরক্কবদি তরাম্না লৌজগনি অমদি মথংগী খুদোমদা চুমথোকচগনি।




জে এস কোন্সম
ইমাখোল পব্লিকেসন্স

# অইবগী মরমদা :-




| | | |
|---|---|---|
| **Certificate Name** | : | কোন্সম জিলা সিংহ |
| **Pen Name** (লাইবিকসিদা) | : | জেঃ এসঃ কোন্সম |
| পোকপা তাবিখ | : | তাং ৮/১০/১৯৫৪ ইং |
| পোকপা নুমিৎ | : | ইবাই |
| বাশি | : | মকব বাশি |
| পোক্লফম | : | খুবাই কোন্সম লৈকায, ইম্ফাল ইষ্ট |
| পম্বৌ | : | (L) কোন্সম অভিবাম সিংহ |
| পলেম | : | কোন্সম ওঙবী তোম্বী দেবী |
| লোয়নবি | : | কোন্সম ওঙবী লোইতাং দেবী |
| মচানিপাশিং | : | সমবজিৎ(বুবু), বিশ্বজিৎ (অয়াউবা), প্রেমজিৎ (তোম্বা), প্রিতমজিৎ (কমপ্লিতোন), প্রিথিনন্দন (ইচাতোম্বি, প্রিথিবা, মঙাতোন) |
| শিনফম | : | Government Servant (মাযথিববা ইঞ্জিনিয়াব) হৌজিক হৌজিক Electricity Department (Manipur) দা Executive Engineer ওইবিবা |
| **Qualification** | : | 1) B.E. (Electrical), Calcutta University<br>2) MCA (Distinction), Manipur University<br>3) Member, Institution of Engineers (India), MIE |
| মীয়ামগী সেবাদা | : | 1) আকাশ বানী ইম্ফালগী শৈবেংবা<br>2) Life Member, Manipur Bridge Association<br>3) Life Member, নহাবোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি, ইম্ফাল<br>4) Member, Modern College Development Committee, Imphal East |
| শোয়বিবা খোঙথাং | : | শাউগনবা অমদি লাল্লুববদি কিগনবা, মায়থোংদা লাল্লুবে ফোঙদোকচবকপা ।। |
| পামজবা | : | তুমিন্না হিপচবা, নীংতম্না বাখল তৌজবা ।। |
| পিথোবকপা | : | মৈতে মচা অমা ওইনা পিথোবকই; ময়াং ওইগে য়াররোই ।। |
| হকচিনবা | : | মীবু হক্সুনা উবশিংদা হকচিন্না লৌই, অকিবসু ফাউদে ।। |